*A prize winning Neo—literate's Book vide Lieutenant Governor's order No 16—3/70—SB,.1—Dated 1/1/1971.*

# সনাগী য়েরুম



জগদীশ
শগোলবন্দ শরাং পুখ্রীমপাল
ইম্ফাল মণিপুর।

— কোংজব —

মহাবীর শর্মা, তোম্বী শর্মা

অহানবা চেৎলোং মার্চ—১০। ৩। ৭১ ইং য়ুমশকৈশ
কোপী মশীং—১১০০

# সনাগী য়েক্লম

মমিং অসিদ ইজব ড্রামা মচা অসি হৌজিক্কী সমাজ অসিদ খোঙপ য়াব খোঁদোক অমদ মমী তম্লগ ইজবনি। য়ুমফম্ম প্রোহি-বিশন্স ওইহল্লে।

বিষয় অসিগী মরীদ সমাজদ থম্মোই শোক্ল আপীল অম তৌজনি ওবগী লাম্থোকচবনি। মসিন সমাজদ মতিক চাব লেশন অম ওইরে হায়রুন তৌজব ওবগী রাখলম্ব লৈজদে অতুগ ইতিকম ওইজদে। তৌবমক্তি কনাগুম্ব খরাই শোকপ মী অমন সমাজগী মায়গৈদ ওনিসিন্নগ কণ্ডুন হায়জবনি হায়ন লৌবিগনি।

লাইরিক অসি নম্বগী মতেং সরকারন মনাগ কোম্নন লুপা ৩৫০ (চহুময়াঙ্খৈ) পীবি, মসিগীদমক তৌবিমল থংব উচচরি।

—অইব—

# ড্রামা

ড্রামা হায়বসি শন্না হান্নবদ মতম মতম অতৃগী সমাজগী মশক তাকপ অমসুং য়েংবদ য়াম্না মুগাইব কুপ্পৈ মখল অমনি । মসি মহৌশাদদি অতৃক ত্তোয়ন উৎনরমদে । করিগুম্বা উংপ তারবসু শাংন উৎনরমই । হেক্তিক্তি তেস্তরু মচং ওইব গাক্ত খনগন্দুরব ত্তোয়ন উনরে । উত্তবসু য়াদে । মরমদি ড্রামান মরম ওইদুনা সমাজবু শেম্নব য়াংলব থাক্কী ইউনিভরসিটি ওইরে ।

অসিগুম্ব ড্রামা ইব মীপু য়াম্ন হৈশিংব. মায়পে গুন উব মতিক চাব মীন ওইগদবনি । অদুগ পুথোক্কদবৌরিবকলাকার [Artis] শিং অদুসু অসিমগাই ।

মীয়ামদ লেকচর ত্তোয়ন তাগনব লাইরিক ওইন তমদুনা খগহনব. পুম্নমক অসি মুপী অগাং লাইরিক হৈব হৈতব নাইদন মতম খক্তিক্তদ খগহনব গুমবসি ড্রামাদন গুমই । মরম অদুন ড্রামা হায়বসি অগুপকী মতিক দরকার ওইনরবনি ।

মরম অসিন সরকারনসু অচৌব থবক অম ওইন পায়থংলে মী য়ারকপদ শক্তি শিজন্নদুনা কিহনব আইন চালাইদুনা পীব দণ্ড মত্তগ করিগুম্ব মথলগী অয়াব অমত্ত সমাজদ পীব ত্তোদন ঈংন তপ্প মুগাইন থম্মোয়দ থেমদুনা জ্ঞান পীনব অথোয়ব পাম্বৈ অমসু ড্রমান ওইরকলে ।

ড্রামাগী জয় মতন শাংন ওইদুনা লৈগনি ।

—য়াইটর

| | নিপাগী | শক্তমদ | |
|---|---|---|---|
| কনানো ? | চহি দি | | কনাগী কনা ? |
| ১। চীংলেনস্না | ৪৫/৬ | চলাক জ্বার | থম্বালস্নাগী পাবুং |
| ২। রাধেশ্যাম | ২০ | কলেজ ছাত্র | থম্বালস্নাগ খংনব |
| ৩। নবচন্দ্র | ২০ | কলেজ ছাত্র | |
| ৪। অজ্ঞা অঙৌ | ৩০ | পুজারী | লৈকাই বাঘোন |
| ৫। চাইগোই | ২১ | ড্রাইভর | লনহেনব। |
| ৬। তোম্পোক | ২০ | সেকেণ্ড ড্রাইভর | চাইগোইগী মরুপ |
| ৭। নোংয়াই | ৩৫ | লৌমী | |
| ৮। তোমচা | ৩৫ | চালাকী | নোংয়াইগী মরুপ |
| ৯। বাবাতোন | ৩০ | এ,এস,আই | মবুক শেংব পুলিস |
| ১০। তোম্বায় | ২৫ | কনষ্টেবল | চালাক ( পুলিস ) |

| | নুপীগী | শক্তমদ | |
|---|---|---|---|
| ১। সিজ-অমুবৈম | ৩০ | ইরাং পান্বী | সনখ্যাগী মনাইহুবী |
| ২। থম্বালস্না | ১৪ | ছাত্রী | চাংলেনস্নাগী মচাই ইবেম |
| ৩। বিনোদিনী | ১৮ | দান্স তম্বিবী | থম্বালস্নাগী মমারবী |

# অহানব মতাং

## অহানব উৎপ

(১·১)

মতম: - তুমিদাং ৭ মফম :- সনখ্যা চিংলেন'গী শঙাই।

সনখ্যা চহি ৪৫/৬ শুরব মতাংনি। খুদং অদুগী ইনাক খুনব, তোব শুবদসু লৈপাক কাওরিব মীশক্লি। লাইরিক হৈত্তে, অহল লমনশিংব খনস্থ লৌ-শিং, হি-য়াই, সনা-লুপাতন থম্ম লৈব ইমুংনি। শিজ অমুরৈ অহাওবত চাগনবা, কেবদসু লময়েবা, ইরাং পাখা, কুম্মেদ খয়াই সুপচবা সুপানি। চহি ৩০ য়োম শুরনি। মচাসুপা অম লৈ, লম তুগী হায়কুলদ তম্লি, মশক মতো ফজৈ, ময়ম ওকপানি। ক্লাস টেন্দ তম্লি হিন্দিসু নিংথিন খঙই, চহি ১৪ শুব শুরনি। মমিংব "খগাল" কৌই ময়াম্ন "খগাল-সনা" হায়নসু কৌনৈ। হায়রিব সনখ্যাগী মাজোল'থিদ ত্রিনাথ খুরুমলি, ময়ামসু ঈহৈ শক্লি। হৌজিক কালগী নহা পাখত লৈশাবা ওাকনি। লমজাওগী অঙাওব পা-খঙশিংস্ব ঈহৈ তাররা. লাও-:খাংলরি। ওাওদুন লেল্লু ওমদহুন তুথনবসু য়াওনরি। সনখ্যা আরাম চৌত্তিদ কমলি, রবর তোংজৈ পান্দুন, খুদোং কান্নহুন পূজা তৌরিব বামোন য়েংলহুন হায়রকই। মতাং অদু ঐজা অতোসু ঘট পূজা, অমসুং মন্ত্র শোল্লি।

সনখ্যা : ঐজ্ঞা পূজা লোইবিরবর, আর্ত্তি কৎপ য়ারগত্র ?
অঙৌ : লোইজরে, সনখ্যা! আর্ত্তি কৎননব মহামস্থু খোরাং তৌবিরো ।
সনখ্যা : ইবুঙোশিং নাম মতেক অমত্ত...............।

[রাধেশ্যাম বাবু হারমনিয়ম শায়, নবচন্দ্র পুঙ য়ৈ; মরাম]

ঈচৈছে খুমই

(১) ঈচৈছে (২)

জয় শঙ্কর ভগবান
উমা সতীগী মবুঙো
কোক্ক জটান লৈতেংব
গঙ্গা সাতীবু লোংলিব ।।

লাইবক্ক থান ভাল্লিব
কণ্ঠদ হল–হলন মুল্লিব
ত্রিশুল ড.রু পায়রিব
ডিগম্বর হে প্রভু ।।

চড্ডর নখোং ৎম্বালদ
বচ্চরি ভক্তিগী আরাতি ।।

[ মসি লোইরগ গনেশ আর্ত্তি ]

(১) (২)

জয় গনেশঃ দেব
ভগবতীগীমচা ইবুঙো ।
শামুগী মাইথোংবু পাল্লিব
উটিম্ম শাদোং ওইরিব ।।

পাম্বোম অনিন লৈতেংব ।
নোয়রব মুস্তিন নিঙথিব
য়েক্ত মালা চৎলিব ।
ওইদ জাথা পায়রিব ।।

ঐখোয়ন বচ্চরি আরতি
পীনবিয়ু মঙ্গল ওইব জাতিগী

[ঈচৈ লোয়বগ বিনোদিনিগী জগোয় শারি, নোংয়াই তোমচা পঙ্গা চিংলি]

সনখ্যা : বিনোদিনিগী জগোয়সিদি য়াম্নবু ফজবিনে ।

[ড্রাইভর চাইগোই, অমসুং হেন্দলমেন তোম্পোক ঙাওরি কৈরি চংলক্লুন কল্লরি]

চাইগোই : সাবাস্ সাবাস্ ফজৈ। জগোয় ফজৈ, মৈতৈ জগোয় ফজৈ ।

তোম্পোক : শাও চবেম্ম, শেল য়াম্ন পীগনি । [শেল লংথিল্লি ময়াম পুম্নমক ঙকৈ]

অমুরৈম : চবুগোবোই তৃগনি জ্ঞান তান ফম্মু ফম্মু ।

সনখ্যা : চাইগোই বাবু ফম্মু ফম্মু

চাইগোই : [দন্দবং তৌরক্লই] পাবুং খুরুমজরি, লুপা থর থাজগে চৌবগন্নুকো পাবু হঃ হঃ হঃ [ঙেক্ লাওন ফমখৈ]

তোম্পোক : দম ভদুবু অমুক্ত য়াওজহৌগেব । [গঙ্গা থকপ কাংবুদগী গঙ্গ নিরকচ]

চাইগোই : ঐগী শরুক লুপা ৫ হান্ন থাজরগে । ইমেম্ম অমুক্ত লৌবিয়ু ঐ হৌগ পী বা লে । [মণ্ডাচৎপী অম লানথৎলি । বিনোদিনি মিংচিন য়েংলগ মোংমান নোকলুন ফংলাওন মুন্নবঙম্না ৫ চৎপী'দু লৌখি]

তোম্পোক : বেশ বেশ নুংঙাইরেদ । [?মথু কামথোক কামথোক্ল]

থম্বালসনা: অগোয়সি লোইশিনবিয়ে। ।

বিনো : পাবুং লোইরশিকো। । [অগোম্ন থঙশেপ লেপ্পি]

সনখ্যা: করে করে ।

চাইগোই : ঐখোয়দি পেলহৌত্রে কম্নম তৌদৌরিব পাবুং ?

সনখ্যা : চয়েং মতম অমদ পেম্ন রেংঙ্গু তাইদন ইচাশা ।

চাইগোই : ঐখোই লাকপদগী তোক্লিমায়ে, তোম্পোক চংলাশ লাও । [পস্থদন ফুগ. ফুগ. হৌগত্তুনা হায়রং হায়রং চংখি]

সনখ্যা : ঐজ্ঞা অতৌগী চক্কিনা তৌখ্রোদম থম্বাল'মা ।

অমুরৈম : কনি কনি ঐজ্ঞা য়ারৌবিগম্নু নচলগী পরিক্ষাশিমতং মজল ওইনব হোৎনজবনি, জয় জয় । [লুপা থম্ন কংলি]

অতৌ : ইমাইপেম্ম য়াম্মনখ্রেনে ইমাশি [লৌশিল্লি]

অমুরৈম : ময়ামগীদি পুম্ন হেক্ত লুপা ৩০ অসি কচ্চরগে । মথংদদি চাউন তৌগনিদ । নচলসিগী পুজাশিম্ন থেরক কংকে হায়ন লেপশ্রবনি । অচুন ঐজ্ঞাম্ন অতোম্ন বার্ত্তনকা লৌবিরম্নু ।

ময়াম : কনি কনি । অচুদি ঐখোয়ম্নু য়োজরগে পাবুং ।

নবচন্দ্র : ননাই ঐখোয়দি করিম্নু হৈজব নচ্চদেদা । থরাইন পামজক্ৰবদগী ময়ামগী সেবা তৌজব কংজরিবনি ।

সনখ্যা : হৈবু হৈমনখ্রে । নচলগীদমক্ত খন্নুন তৌরিবনি । সেবাগক মথোং কয়া চাখিজমায়েবে ।

ময়াম : য়ায়া মুংতাইজরে, নত্তব থনবীগম্নু ।

সনথ্যা : করে অত্তুদি ময়ামন্ত থেংথুগনি য়োনব তৌবিরো, ঐবু ময়াম খিন্দোকচখো হায়বর ?

ময়াম : রাজরনি, সনথ্যা খিন্দোকপীরগ্নু । [ময়াম মথং মথং খোক্লখি, মাঙ্গোল অত্তু পুমচিক চিকই]

"মৈ মুৎখি"

# অহানব মতাং

## অনিশুব উৎপ

(১-২)

মতম মুমিদাং ১১ মফম লম্বী ।

চাইগোই, তোম্পোক হায়রং হায়রং লাকই । মখোয় অনিমক চহি ২০, মুক্তী মতাংনি ।

চাইগোই : তোম্পোক ! শুসি ঐগাক থর ইকাই । রাধেশ্যামগ, নবচন্দ্রগ মখোয় অনিমক ঐগ লাইরিক তম্মিনরকপ তাকুনি । ঐখোয় লাকপদ জগোয় হেক্তমক লোয়শিনহনবত্তু থয় উশিন্তব মওং মান্নি ঐখোয়বু ।

তোম্পোক : মুপীশিংগী মমাংদ লাইরিক হৈরে পোত্তরিবনিদ ।

চাইগোই : খোত্তব । হুঃ হুঃ হুঃ পোত্তগৎবদি ঐখোয়নিনে ।

শকস্তু কজব লনস্তু পায়ব ঐখোয়ন পোঙদন মখোয়ন পোঙব য়ারু? থঙই, ইমাশি অমুরৈমন ঐবু য়াম্ব চাম্লিবনি, অদুগ পাবুংনস্তু লুন তৌরিবনি। মখোয়ন উশিঙবক য়াব'নস্তে। ঐ শাওরগেদো!

তোম্পোক: শাওরগ করি তৌ'শ হায়রিবনো?

চাইগোই: শাওরগ থংনগে, অদুগ থাংন থিনগেনে।

তোম্পোক: ইস! মত্থু হৌজিক তাঞ্জ চাফাত্রি।

চাইগোই: করম্ব মতমদ তাঞ্জ চাগনি? ঐ শাওব 'শুম হেনংগংলক্লে। শা-চানিংলে, অমুকন্সু থক্লিংগে।

তোম্পোক: অদুবু হৌজিক্সু মী থর নৈনখিশি হায়'রব্রাও?

চাইগোই: উম্ মখোয় উনরগ ব্রা অম'নি ঙাওনখিগনি।

তোম্পোক: করি করি হাঙনগনি?

চাইগোই: করি করিনো মরি মরি হেক্ত ঙাঙনব হৌগনি। অদুদগী শাওরক্লগ থংনব হায়স্তু ঙাইদন।

তোম্পোক: ফরে অদুদি, লম্বাদ হেক্ত হিপলগ ঙাইরশি।

চাইগোই: অঙ কাশিমাই ইমাইথেম্ম, ঙাইহাক্ত হিপথজগেকো, তোম্পোক ভ ই হিপ্থরকউ। [শাক্তাংন লম্বীদ হিপলকই]

তোম্পোক: ঐ মী য়েংবোইন শুম ফম্মগেদ।

চাইগোই: হেরা হিপথরকউব। কনা কিবগেনে নহাকপ্পে?

তোম্পোক: চেকশিন্দব য়াদে। পেট্রোলিং চৎপ কাওবু লাক—, লবদি নংহৌরোই তয়ারিদ লৈতব য়াদে।

চাইগোই : ঐখোয়গ খঙনব সিফাই ডাক্তনিসে, তৌনিংঙাই লৈতন্দ্রন সিফাই খনখিব ডাক্তনি। মখোয়সু চাক-খকপ পাম্নি:পাং'নদ।

তোম্পোক : মৌদি পব্বার অংগ লোয়নন হুকুমমৃগী মখাদ লাক্লনি, ফেরগ তৌক্লরবদি য়াম্ন বাগনিদ সাঃহব।

চাইগোই : থম্মোই পিকথগন্নদ ভং। মতম অসিদি হিংচাব ওস্রবদি মৌন উশিঙবনিদ ভাই, হিপথরকউনে মৌন থা-গৎনব।

তোম্পোক : [হুপথৈ] বাঃ হ্ন'ভাইরেদ, ঈরৈপাক ইমাইবেম্ম নত্ত-ম্পাক্ত মচা অনি ঙাইাক্ত এনজগেকো মু'শিবৌ।

চাইগোই : [শোঞ্জন। বিনোদিনি। থম–বাল স-না অনি অসি হঃ হঃ ঐখোয়সু অনি শুরি; মখোয়সু অনি শুরি। সা-বাস! গোবিন্দ ইবুঙো নতাক্তি অঙাওব মনাইবু মু'শিবৗ-বনি, ননাই ঐখোয়বু চানবীয়ুকো ইবুঙো "বিনোদিনি! ............বিনোদিনি.........!!

তোম্পোক : থম্বালসনাদি ?

চাইগোই : ভাই থম্বালসনাগী নাম শোল্লু। নাম ভত্তন শোল্ল-বদি কুপা শোয়দন লাক্লনি। নিঙব কনব, শোনব কন্ব সাধুশিংন লাই ফ লিবনি। ঐখোয়সু ঙাইব কন্নবদি অপাম্ব শোয়দন ফংগনি।

[বিনোদিনি মাঙ্ থারকই, রাধেশ্যম অমস্তুং নবচন্দ্রসু হুং

থংনে লম্বীরোমদ লাকই। ]

বিনোদিনি : হায়ম করিনো ! লম্বীদ মী হিপ্পন্ন য়াওনরেনহে !।

রাধেশ্যাম : এঃ ইবেম্ম মরূপ মপাংশিং পোথাকিয়ারে. শোমদ খৈদোরকউ।

নবচন্দ্র : এঃ মরূপ চাইগোই বাবুথোইনিহৈ। করিনো মরূপ তৌবীরিবশিবো ? গাড়ী লাক্লবদি কংলবোই লেংথং-পীরো ?

বিনোদিনি : য়ায় কয় বাম্বরমারে।

চাইগোই : [ভপ্প ভপ্ হোগংলকই] মরূপথোয়বুনি ঙাইজরমলিবশে, য়ায় নুংঙাইজরেদ।

রাধেশ্যাম : করি তাকপীগদব ?

চাইগোই : এঃ য়ায় ভপ্প ঙাওনগদবনিদ।

নবচন্দ্র : yes right : রা ঙাওনবদ য়ায় ভপ্প জ্ঞান তান ঙাওন-বন কৈ।

তোম্পোক : জ্ঞান তানঃহৌরবদি হোবেন্ অমন অমবু করিগ্ন নত্তবদ শাওনয়কনি।

নবচন্দ্র : শাওনগদব মরম অমত্ত ওইরোই রাকম সি।

চাইগোই : করিগী শাওরোইতৌরিবনো ? হৌজিক্তি থবু হুম্বরবনি, ওসাইদি য়ায় শাওরম্মী ঐহাক।

রাধেশ্যাম : কনাদ শাওরমলিব ?

চাইগোই : ঐখোয়গন ওসাই চণ্ডলকপদ জগোয় থুন লোই-

রাধেশ্যাম : ভাইগ-ঐগ লাখানি থোরাং তৌখিনু।

চাইগোই : নবচন্দ্র ভাই! য়াখিল্লবনিদ্র করে। মী অমগী হেন্না চঙনদবা। Open challenge তৌব তারে।

[নবচন্দ্র কি লৌখোকই, অমম ওয়ায় (১) য়াওরম্মী। চাইগোই কি, লৌখোক, পাইরমান ঘম য়াওরম্মী, কিতম শেন্নরকই, খীনোদিনি ইপা-পাখংলকই। মতাং চান তোমচা, নোংয়াই অমসুং ঐজা অভৌ চঙলকই।]

তোমচা : আই! আই

নোংয়াই : চাইখো! চাইখো! ইনাওশা।

অভৌ : করিনোনে, মরুপ মপাং চাক। [অহমচঙ্লুন থামই]

চাইগোই : হঁস লোইশিনগ তৌবনি।

রাধেশ্যাম : ভাই! রা য়ায় চাওব কত্তে।

তোম্পোক : খংনব ভবস্নু মকৈ, মীন কিননব।

তোমচা : চুমই, মহ ঐম্ন য়ানিঙই, অদুবু তোক্কনো। নবচন্দ্র নহাকম্নু College গী ছাত্রনি, অদুবু নহাক্ন হেন্না জ্ঞান ডা-রমত্রে। লাইরিক হৈব ঐখোয়নি, চানা চাব ঐখোয়শি হায়দুন লাম্বা তৌদবগী তৌবদু কত্তে।

নোংয়াই : বন্ধুগী রাকমহ্ করৈ, করদব নত্তে। ইনাওশা! কি শেংচিন্নু। খবক আসি করান লাক্লু, করাব চুমই হায়বগী বিচারম্নু তৌত্রিঙৈন নবচন্দ্রখোয়দ লানংগী রা ওইনহু মহায়রিবায়, অদুবু অমনবু চুমবন্স্র অমমবু লান্নবনু মখোয়গী রা অম ভাবনদি চুমইদ।

তোমচা : করি য়ানো বন্ধু ! বন্ধুগী য়াহৌদি মীচঙগী য়াঙাওব তৌবিরম্লেদনা ?

নোংয়াই : ঐ লাইরিক হৈজদে, লৌ-উব মীশক্কি। মরৈ হৈজদে অচুম্বা পাম্লৈজে। ঐগী হায়ববু লোং-লোং হায়গনবা মী-তানি। লাইরিক খরবু হৈরব মী অমত্তদি ঐনম্ব ব্যবহার তৌজে, করিনা, মখোয়গী অকব অ'নগী ফুংনকপি, হায়রুন, মীচংগী য়াদি বন্ধুন হায় শয়রাংবিংখ্রেদনা ?

তোমচা : করিনোনে বন্ধু মলোম লৈন য়াঙাওগদবা !

নোংয়াই : ঐদি মরৈ পংকন্ কম তৌব হৈজদেয়।

তোমচা : ময়েনবদি হৈবিবরা ?

নোংয়াই : হোয় মত্তমদি হৈনজে।

অতৌ : অহল অনিমূক তৌনরপের ?

তোমচা : করি খল্লিব বন্ধু ?

নোংয়াই : অপাবদ য়াই।

তোমচা : করে করে ! (মফম শেম্মরকই নবচন্দ্রন থামই)

নবচন্দ্র : তাদখোই অমুক্ত ভাইবিখো।

তোমচা : মতম চাদব হায়রব। (থাইদোকৈ)

নোংয়াই : মখোং কয়াদ হকথিল্লবনোনে।

অতৌ : ঐহাক্তি থেঙব নাকে ঐ থম্ব হাজনরগো। ইথেক চৎখোরসি।

রাধেশ্যাম : হায়ঙমদন যাঙলাদিনি মহাকপু ঐমাগী চংখো।

অঙৌ : হয়ে ! হয়ে !! ইবেম্ম লাকও হুকুম ফংলিবৈদ, জয় জয় ময়াম চংচরে । (বীমোদিনিগ লোইমন চংখি)

তোমচা : বন্ধু ! ঐখোয়দি মী থংনব উব য়াদে, অচুম অরান খঙদে য়াওনিঙ্গব মাইকৈ অমদ হেক্ক য়াওগনব মীশক্তি, মহৌশাগী ওইন থংনব থক পামজে। চুপ্পী জাংতা মী-নদ মচুমলমলে, ঐন লাল্লব ওাক্কানি ।

নোংয়াই : হৌজিকপু ঈ, শাব থক হল্লবীয়ব্র বন্ধু । বা ওাঙনব য়ারগঞ্জ ?

তোনচা : য়ারগনি বন্ধু ।

নোংয়াই : কদদি অঙাংশিংশি মলোম লৈনদনব থেমজিনশিনে ।

তোমচা : কৈনে বন্ধু ! কৈ ।

নোংয়াই : ইনাওশা ! নখোয় মতুং মনাও থংন-চৈবন মলোম থম্ন তৌনগল্ল । নখোয় পুমমক গম অমত্তগী মচানি ।

চাইগোহ : তা নোংয়াই ! অচুম-অয়ানগী ভাবতি ভাবিয়বরা ?

নোংয়াই : ইবুঙো ইয়াঙ বিচার হৈজদে, অচুম অরান খঙজদে ঐগী নত্ লায়বক্ থংনব ফক্তে চায়বীয় মসিদনি। বন্ধুশু খুদীয়মে ।

তোমচা : গঙ্গাগী মুংশিং লোইজিমায়ে, ভাব ইত্তা তাজি বন্ধু, বন্ধুনব্ হায়রবদি ইচুম চুমমগনি । ইনাওশা ওসিদি শ্বাইদ ওম্ লোইশিনশি, চঙনয়শিদনা ।

য়াংখম্বাম : কপিমত্ত হায়জদে লোয়ন য়াজয়ে ।

চাইগোই : লোয়ন হেক্ত হায়জিনবিপহুনে। ঐখোয়গী শরুক ঐখোয় হায়জগে।
নবচন্দ্র : কনি কনি অদোমগী অপাখহু চখবীয়।
তোম্পোক : অদোমন তাকপীরবহু থও্‌জরনি।
তোমচা : তাবদদি চাইগোইখোইম চুম্বোই মনিঙইপে ওহোকপ বুদ্ধি হায়বহু ওইরে।
নোংয়াই : মুংশিং থর হংবীরব্র বন্ধু?
তোমচা : কাখোক কাশিন হায়বহুনি বন্ধু।
নোংয়াই : কাবদবু ভাক হায়রকইনে বন্ধুগীহুবো?
তোমচা : ভাগুপনব ঐনদ মরানগগি হায়জরেনবা বন্ধুগ।
নোংয়াই : নখোয় অমত্ত মুংভাইনদব লৈরেদন?
নবচন্দ্র : তাদগী য়াথং ভাকচনি। অমুক হয় থংনজরবোই।
নোংয়াই : সাবাস্‌! অহুনিদন লৈবাক মচা হায়বহুদি, বন্ধু চংনরশিদন?
তোমচা : কগনি বন্ধু।
নোংয়াই : লাক্‌ও লাক্‌ও ইনাওশা। (নবচন্দ্র অমহুং য়াথে পুহনা চংখি)
তোমচা : নখোয়নু লাকওদন।
চাইগোই : ঐখোয় ভাইহাক লৈজহোখিগে।
তোম্পোক : নহীদকাদি অমুক হয় ভায়কয়হুবো। (চংখি)
চাইগোই : তোম্পোক ওসিদি কাবু অম চাখিরে, খীনহু লাকচরে, মহুংদদি তাব ভায়েদন?

তোম্পোক : ডাক্তরনি সাহেব।

চাইগোই : ঐহাক্তি শোক্নদনা লমন খুৎখিগদবনি, মতম লাকখিনি।

তোমচা : মীচংবুদ্দি তাদ' তোমচান্নু ঐখোয়গীদ লৈথিরবহুনিদনা ?

চাইগোই : তোমচাগী মা শোকদো, ফুর্ত্তি থর লৌথকখিনি, অদু নক্রবদি থবাই অসি ইম্বং খুংভাইমরোই।

তোম্পোক : হয়েং তৌরসিদ সাহেব।

চাইগোই : ঐদি মমদা হনজিন্ব পামজে।

তোম্পোক : অদুদি থানাদ লেক্লশি হায়রিবর সাহেব ?

চাইগোই : তাই নঙ্গু কদয় তৌরক্নুদ, চাইগোইন্নু হনব হৈতেব মীতাসি। ঐ চৎলেকো তাই (চৎখি)

তোম্পোক : সাহেবকী লিল্লা অদুদি লৌদোং হাংপা লিল্লা হায়কদ্রি, তুকচৈ হু-শিদন তোক্লরনি মশিন তৌরিংদি।

চাইগোই : (পাথৎন চেনসিনকই) তাই পুলিশ লাক্লমাল্লে, মার্কা লৈব ঐখোয়সি মখোয়ন লুন তৌবিগদব নত্তে লাকও চৎলসি।

তোম্পোক : সাহেব ঐদি চৎকরোই সত্যন শাক্তি।

চাইগোই : হয় মহু কত্তে, চোপহন্দবন কৈ, তাজা অম য়েংশি লাকও! (চাইগোই মরুম অমদ লৈশিনখি!)

তোম্পোক : লাক্লব মীদ করিন্নু তৌবা য়াব নত্তেদ সাহেব।

(পুলিশ অনিথক চঙ্গলকই. মনজন্ম কলন মমই)

এস্. আই : কনানো নও সিদ করি তৌরিবনো ?

কন্সটেবল : হয়ামগে হায়ন লৈরক্রিব ?

তোম্পোক : মহুম্ তৌন হেক্ত হংবিবসি কজব থর হাংকনি, মী পুম্নমক Dark side তদ উবিবসি তৌবীগনু ।

এস, আই : লো তৌবিরাক্লব্রাও অথেংবদা নতোমূত্ত নৈরম্নবগিদু করিগীনো ?

তোম্পোক : মাহং অহুগীদমক্ত থাগৎচরি ।

কন্সটেবল : মরম থুন হেক্ত পীয়ু মাকাই য়াওগনু । মু থকপ মীর নহাক্ ?

তোম্পোক : থানাগী মাহং কায়বত্নুর ? শুকথুম্ থুম্নমোই অহুম হংলবদি, হাংকে হায়রবমু হাংলু ।

কন্সটেবল : লিন্দা করেদ, শ্যালা [থুপাল্ল কম থাই]

এস, আই : হুম্ ভাইবো হেক্ত ফুধিনু । নহাক করি তৌরম্নি-বনো ? মরমচু শেংন থুমউ । অরেম্বদ নথম্নাই হুংভাইতনব ।

তোম্পোক : সাহেবম হংবীরবনিন শেংন থুমজরগে । ঐখোয় থম ত্রিনাথ মাওব চৎচক্লই । মরুপ মপাং থরগ রা অমঁনি ভাঙনৈ, থমমু শাওনখ্রে । অহুবু মতুংদ অমুক তেংগমহুন হুমরশি হায়ন হরগ্রবনি । অহুদ ঐগীমু মরুপ অমন হল্লসি হায়ব গ্নামন্দবদগী মকম অসিদ সাহেবখোয়গ ঐগী থেংনজরিব অসিনি । ঐ হম্নানব নৎচবে, ঐগী ইমিং তোম্পোক কৌই, মতুংদমু থঙবীরকনি ।

এস, আই : নহাকী মরুপ হায়বহুদি কদায় ?

তোম্পোকঃ মহাক চংলগনি হায়ম চংগ্রবনি, অদুবু সাহেবখোয় উবদগী অমুক হল্লকুন ঐবু চংলসি পুলিশ লাক্লে হায়ঃ রম্মী। মহাক্তি চেনখ্রে, ঐহাক্তি য়াউহৌদবনিদ সাহেব— খোয়গ থেংনদুন খুপাক চাজব কংজরিবনি।

এস আইঃ মহাক করি থবক তৌই?

তোম্প্যোকঃ ড্রাইভরনি।

এস আইঃ চেনখ্রিব অদুদি?

তোম্পোক : মহাক অদুম্নি।

এনস, আই : চেনখ্রিব'দু য়ুথকপ্র?

তোম্পোক : হোয়্‌ থর থরদি থকখ্রে. পঙয়ামদি য়ামথিদে।

এস আই : নহাক্তি?

তোম্পোক : মরুপকী মায় ঙাক্লব হোৎনবদ থরদং থকই মদুন ঐবু ঙাওহনবনু ঙমলোই, ঙাওনু ঙাওনিংদে। মসি থক-লগ য়াম্ন বাই। পোৎ অসি ঐখোয়গী দরকার পঙওই ওইদে, মতম অসিদা মীনম্ম ঙাওহন ঐহাক চংখিব তাররদি ঐখোয়গী পাও অচুম্ব অমত্তনু তাব ফংরক্নোইদবনি।

এস, আই : হৌজিক নহাক মফমসিদ করি থবক চথগদব লৈরি?

তোম্পোক : ঐহাক্কী মরুপ অদু লাকপনু য়ারি মিনিট ৪/৫ মাবু ঙাইব পামই।

এস, আই : নিপা অদুগী মমিং করি কৌই?

তোম্পোক : চাইগোই, বৌই, নমুল মপাম্ধগীনি।

এস,আই : নহাকস্থ নয়ুমদ হল্লো, কমজাওদ লৈরম্থ ফত্রে।

তোম্পোক : য়াম্ন ফগনি, এ! বরিওম্থ অমত্ত হংত্তব চাগত্রা!

এস,আই : করিনো?

তোম্পোক : অশোম বাবু চায়গত্র, ঐবু ৎপাক্ত থাবীখিব আসগী মীং-লৈকম খত্তচনিওখেদ?

কন্সটেবল : করিনো মিংগ হঙ্গৎলকইসিবো, লিন্দা ফগৎলকইব হায়বত্বরাও অমুকস্থ থিল্লকউ হায়ব্র?

এস,আই : ত্তাইখো, নহাক নপুক্লিংদ বাখম খর ফুমহুন লৈরে। ফরে, ঐগীস্ন-নহাক্নীস্ন মিং তাক্লগে। মতুংদ নহাক্ন তোগে নিওমিব থবক্তুদি তাক্লরোইদ্রা?

তোম্পোক : তাকচগনি।

এস,আই : করিনো?

তোম্পোক : লমন্ খুদ!

এস,আই : করম্ব মওংদ?

তোম্পোক : ঐবু ত্তাস সাহেবন ত্তাকপীখিবগী মতম অমদ প্রজাদ কায়রবপ চাওবদ মাবুস্থ ঐন ত্তাকপীগনি। ইপাজলন লমন মচা অমত্তং শিংজরগ।

এস,আই : ঐখোয়গী মীনি, নহাকসু মীনি, মী পুম্নমক অমত্ত মায়দে, চিপ্পাক, থবক, বাওং লোয়ন খেন্নৈ। অদুওমদুন চিপ্পাক অমস্থং লমচৎ অতুন সমাজদ চাওখৎলহনবগী মহত্ত মাওহম্নবগী মরম ওইরম্নবদি তোরিব মীওইশিং অদুবু

থিংনবা সরকারগী আইন লৈ, মত্থু Prohibition হায়রন কৌই। ফত্তবা থবক তৌবা, ফত্তবা চিঙাক চাবা কাংবুন সমাজদ য়েক্কবা হায়বত্থু ওইরকই। মখোয় অত্থুগুম্বত্থু ভাক্ত লৈরম্বদি সমাজ শায়বসি লৈরমখিগদা? ঐহ কম্ন মু ঙাইবা পামই অত্থুবু অহিং তুমদবমথৌ লৈবাকী অমদি সমাজগী ফননবগীদমক্ত লৈরিংসিনি। তুমগীদমক্ত সমাজগীদমক্ত সরকারন পাড়া, শেল-থুম অশুপকী মতিক খরচ তৌ-রবনি। অথিংবা থবক্ত শিঙনবা অমম্বুং থওইদবা থবক তৌরক্লবদি মত্থু মতিক চাবা দংগু পীগদবনি। মা অসি মহাক্ত নত্তন মী পুম্নমকপুম্মু খঙহনবা ফৈ। করিংগুম্বা মতমদ রসকারগী মীন ফত্তবা অমদি নত্তবা থবক তৌরম-লবদি কনাগুম্বা খঙংহৌবা, উহৌবা Publio কী মী অমন ফাত্থুন সরকারদ তাকপীরগদবনি, মানাম্বু চাওন পীগনি মমালবু লৈরবদি জজ্ ওইরবস্থু জেল! [চৎকে তৌই]

তোম্প্যাক: মিং হায়বত্থুদি?

এস.আই: O! yes, ঐগী মিং বাবাতোন, রিক্ষ্যুজি কো-লোনিদ লৈ, কন্সটেবল অসিগী মমিংন তোয়াই কৌই, অঙানখুনৌ হায়বা ক্যামৈগেমনিং লাংথবান্গী মমাং ওইরপ্ন লৈবা লমহাং, য়ুম থর তারিবা অত্থুবগীনি য়ুম্মাক্ল......।

কন্সটেবল: ভাংথম। ভাংথম তোয়াই হায়বদ খঙদবা লৈত্রবনি।

তোম্পোক: য়াম্ম নুংঙাইজরে। ঐহাকী মিংন তোম্পোক কৌজে,

শাইরুক শাবমনি, ইফালদ লৈবৈ, নমূল মপাল হায়রগস্মু খঙবিগনি।

এস, আই: করে য়ুমদ চঙনব ত্তৌবীরো। [চৎখি]

কন্সটেবল: শাওগন্নু ভাই। নহাক্কী গুরখোরউ হায়হ্নন ত্তৌবি-বনি!

তোম্পো'ক: য়াম্ম পুংঙাইজরে, উনরগ ঙসিগীসি নিঙশিঙ্নশি। ইস্! ঙসিদি য়াম্ম চোপখ্রেদ। য়ু-খর থকউবদগী ঐগী পাঙ্গল থোকবিদেদ।

চাইগোই: [মুংশা খিন থোরকই] চৎখ্রেদন?

তোম্পোক: কলেজ্জা লৈতব চেনগনব পাংদবসিদি য়েরুম অহাম্ব-গুম্বনি সাহেপ।

চাইগোই: য়াম্ম থিন হায়রেন ভাই নহাকস্থ লিন্দা কৈ হায়ত্নুনবু খোইমহুমদ চৈন থিন্দুন শাম্লরুখিগদ্রও? ঙসিগীদমক্রবু ঐবু য়েরুম অহানবগ প্রমান ত্তৌবীরে, ভাইন সনাগী য়েরুম......।

তোম্পোক: ঐবুদি সনাগী য়েরুম নত্তদি—।

চাইগোই: "সনাই য়েরুম" সাবাস!!

মৈ মুৎপ

# অহানব মতাং

## অহুমশুব উৎপ

(১-৩)

মতম অয়ুক পুং ৮ (মকম সনখ্যাগী সঙ্গাই)

কক্ অম থাই, হিদাকৃফু ওদ্শুলি অমম্ব লৈরি; লোয়নন মিংশেল মখোং পানব অমগ শমজেংক কোয়্নন লৈরি। নাকল ওইরপ্‌ন গালিচা মচা অমম্ব লৈ, লিজ্ঞ অমুবৈম হিদাকফূ থম্বাল শব অমদ খুত্তুম্ম তোংজৈ শাত্থন হিদাক থক্লি, মোড়া অমদ ফমলি। মখোল থোক্তন থম্বাল সনাম্থ লাইরিক পারি।

অমুরৈম: চিনি পুবিরক্কনি হায়দুন তোমচাগী মুপী চানবীন লুপা ১৫ [তরামডা] পুখিবনি অহুবু পুহীরক্তে, কমদৌরিবনো? ইমুং অসি চিনি বাৎপ য়াদে হায়বসি মহাক হেন্ন খঙলিবনি।

থম্বাল: চিনি য়োনফমদ তৌরিব মওংসি অস্। ঐদি ওম্মোক্ত তনখেত্র য়েংবদ।

অমুরৈম: পোংনদি তাঙ্ক, লোগদব মীনদি য়াম-অদুদ ইম্মরি-বনিদন।

থম্বাল: করিম্থ কান্নদবদ মৈতৈ মচা চা থাম্ম থক্করক্লে, অদুন তাঙলকলিবনি।

অমুরৈম: ময়াং হোটেল, মৈতৈ হোটেল ময়ামশিদ থক্লরিব

চা অসিস্থ অঙকপনি, ছাংলোইদবগী মরম কৈতে।

[চিংলেন, নোংয়াই- তোমচা মথং মথং চংলকই, সনথ্যা ফক অরোনব অমদ ঙেক কমথৈ]।

সনথ্যা: ইনাওশা! ফম্মু ফম্মু।

[অমুবৈম, থম্বালম্না ইমুঙদ চংখি। গালিচাদ তোমচা, নোংয়াই ফমথৈ]

সনথ্যা: অমুবৈম, চা-চা, অঙ্গাম্ব থর থর ওত্তন তৌগদবসিস্থ মীনাই মচা থর য়াওবদগী লৈকাইসিস্থ বদনাম য়াম্ন তৌরবনি। মহুদগী শাওহুন পোত্থারবান তোমচা!

তোমচা: ঐজ্ঞা, ঙসি ৪।৫ নিদং লেপ্পনবু ফগনি, নহাল পাটি থর অরায়দগী লাকপদুদ মবুক শেংদব থর য়াওরমালে। মখোয়দুনস্থ মথকুলোমদ লোয় পাও পীরমগদ্র চিংনৈ। মফমদিদ শায়দ্রে হায়দুনবু থহুনবন কৈদ সনথ্যা।

নোংয়াই: ঐদি ঙংতোবু তৌবিরম্ন হায়রবনি। সনথ্যাগী মীংদ মীন থিনস্থ ডাংনৈ, ফত্তব মীস্থ য়াম্ন লাকই, পোং-চৈ মাঙখিব হায়ব জাং অম, ভাহনকমন্‌ পার্টি অসিদ মতারে। মীগী লমদ তৌথ্রসমুদ।

সনথ্যা: নোংয়াই। থবক অসি অচৌ অশাং ইনাকথ্নব কলেজা লৈবা মীদন শায়ব ওম্বনি, ম শক থল্লি। ইবুঙোন চায়-রিবহুস্থ লৈকাইন য়াম্ন থাগৎনগনি লৈকাইন য়ানব হোৎনবদ চায় হেনগদৌরিএ অতো মখোয়গী স্বার্থদস্থ পংকাই

কাইরোইদ্র নিঙই। থবক অসিগী লম্-লম্ খুদিংদ অচৌব, য়াইমরপ, মচা মখল-মখলগী ক্ষেপ্‌কম লোইন লিংনরিব-নিদ অচৌ-অশাং, ভদ্রলোক্, বাবু ওফিসার য়ায় মসিদ মিং চন্নরবানা নোংয়াই।

তোমচা: ঐজ্ঞা, বন্ধু অসি ঙ'ল্লগী এঙ্গাংদ মথেল ওইন য়াওব শুক্তা'নগুম জাৎনি। থুমহু থুম-থাম্ম থাব।

সনথ্যা: নোংয়াই। নঙগী বন্ধুন হায়রিবসি য়েন হায়রেহায়।

নোংয়াই: ঐজ্ঞা, ননাইন ঙ'ঙবশিমঙবু অহানবদদি ষনথক্র ক'ম্প্র-মুক নাই, ননাই ঐদি পীক্লিংঙদগী তিন্নজরক্রবদুদ মাগী মগুণ খঙ্‌জরক্রবনি।

সনথ্যা: হুং। নখোয় অনি মাল্লদব য়াদে। নখোয় অনিমক লমসিগীদি লিডর ঙ'ক্তনিদো, ক র হায়গে অতো?

নোংয়াই: খঙজরে ঐজ্ঞা, জুন্নারবু শান্নরবগু রু থকপ অসিনদি য়াওহন্দব পামজে, ব্যবহারন ফজন্নিব, খোন্দান থিন্নিব, মরমচৎন ফজন্নিব, ফত্তব জাৎ মথৈ নখোয়সিদ পুনখ্রবনি।

তোমচা: লোয়নহু চেন্থবীগম্ভু, ভাব ত'ন হিদাক চাব ওফিসার, দুকান্দার, সিপাহি মকোক করা'ম য়াওনরি।

সনথ্যা: থন্নরিব হা...নি ঐবে'য়গীসি, পূমচুম্‌ংক চুমই। করে, অয়ুক মু'থিল'সম লৈকাই'মিৎয়েং মুংডায়ননবনি। মুমিদাং অথন্নন মী ৪/৫ দনক কৌহুন শান্নহনব, থেক্রহনব মহুম্নহুম তৌরসিদো।

থোমচা : .শল পায়ব, শারব মুংঙাইব নহারোলদ হায়রবদি, চাইগোই নম্বর বাম্নি, ঠিকাদ'র শুকে', চাউমাইকাই, রোকেট হোটেল মেনেজরদো, উকিল শনি গোপাল, অমুজাও লিকাইমচা ( 420 ) মিত্তোং মখোয় মচাসি ফ্লাসত থেংনহল্লবদি মৈ হৌনগনিসে।

সনথ্যা : করে তোমচা, মখোয়সু হোরেন কোরো।

( অমুবৈম চ' পুংখোরকই ময়ামদ অমমম্‌ পী )

ঐগী বাকুংসু পুখোরকউ হৈ :—।

অমুবৈম : কনি কান ( চঙখি )

নোংয়াই : কর্ম্মদি করবু চাউন লিংখৎকদৌরি, মহাজন্দি কনা কনা ?

সনথ্যা : নখোয় অনিনিদন। শেলদ থোরাং য়াম্ন তো মাল মতিক চান চান লৌরগ লোইরে।

( অমুবৈমন সনথ্যাগী কানী বাকুং, গঞ্জাগী মপোং মচৈ পুম্নমক থমই। হিদাক শেমহন নোংয়াই, তোমচাসু গঞ্জা থকই, সনথ্যাসু কানী থকই )

অমুবৈম : তোমচা ! ঙসাইগী উকিল শনি গোপাল হায়ব অহবু লৈরক মহুংগী গোপাল উকিল নত্রঙ্গে ?

তোমচা : ( মৈথু কামথোক্লুন ) মানি ইতৈমশিক, মাবু শনি হায়বদি উকিল পুম্নমক্কী মহাক ইংতোন তোপ্ন গুণ অম লৈরি। শেঞ্জারমসি মান লেপ্প'রিব ম ইকৈদগীদ নত্তুন বাপাদগী লৌব ওমই, অদুননি শনি কৌজারবসি। মাবু

থেংনরবদি মী মুৎনিংঙাইমি। উকিল অভৈনহুম মাঙোন্দ শেঙারম তম্নরিবনি।

অমুরৈম : খুণ য়ায়া চাউরব ঙাক্তনিন ?

তোমচা : ইস! ইতৈমশিজ, মিত্তোংগ হায়বিব মীতাসিন্থ নহা-নিদি হায়বব থাথা য়াব মীশক্লাক্তি নত্তে। বেষ্কত্তী ঠিকা-দাবন বিল ক'বদ ঙাইরিবৈদ ফুরিংখাওদগী য়াওরমত্রে, মশক খঙদন খুত্তগী লাকখেকা হায়রিবসি মাগী থোঙ্জান্দগীনি। মাগী মথুৎনবু মী মরক্ত হায়কেংক হায়থুব শোইদ্রে তরা চৎপী, চাম চৎপীশি অন্থম নপ্রকললগদবরি, অৎকপ বিদ্যানি।

নোংয়াই : লাইগী ঙমথংনি. অৎকপনি ইতৈমশিজ !

অমুরৈম : কৈদৌনি, মী হায়বসি হিংলিদৈদ মুংঙাইথোকহৈরগ লোইরেদন; শিরগ মুংঙাইরুবস্থ য়াব নত্তে।

সনখ্যা : হায় নচা মুপী মুল কাব থোংওলনি চংলো অমু নঙস্থ চঙখ্রো।

অমুরৈম : ফগনি (চঙখি)

সনখ্যা : তোমচা থবক অসি নঙঙোন্দ লোইনমক লৈরে. লুপা ১০০/২০০ দং শাহৌসি ভোবনিদ।

তোমচা : ১০০/২০০ গী য়াদি থনবু খঙদেদ, মুমিৎ ২/৩ দং ফমথহনবদ লুপা লিশিং অমনিদি শেঙন পাইহৌবগী য়ানি। অজ্ঞা।

নোংয়াই : ঐজ্ঞা শামহনব ভারবদি মতিক মগুণ লৈনব মথোয় অসি শামহনবন খ্বাইদগী হেন্ন ফগনি নিঙজৈ।

সনখ্যা: য়াম্ন ফরে, খোরাং তোরখি, লম্‌ হেন্নকপ নহারোল নখোয় অনিন দাম্ন। লৈকাইগী বা-মা মপুক ভরাওনৰ চাকচা হৈঙ্গাবব, লিপা ফাপা তোরকপা, বামোনমী কাং পাম্নি, হনুব–হনুবীগী বারী-লাইরিক পুম্নমক্ত দান চাওন চাওন তোথোকপীগনি করি কায়?

নোংমাই: ফারস্ন কায়দে, ঐ-খায়গী ম্নাহম্নগ লোয়রে। অদুদি ঐখোয়না তোগদৌরিবাস খোইন কাবদেদন?

সনাখ্যা: ইচে! ফত্তব থবক লৈতবনিনে। সরকারন পার্মিশন পীহুন য়ু হুকান, ফোংন ওাম্নবব ফমহল্লেদন। ঐখোয়গী-সিম্ন পার্মিসন পীহন মতম লাইন হাংদোকপ মারবনি; ইকাই হল্লোহদন হ ম্নববদ, অডাং পোকপ খিত্তেত্তা হায়রে-দন হঃ হঃ হঃ।

ভম্বালম্না: (ফুল কাপদবমী থোরকই) ইমা ঐ চংলগে (চংখি)

অমুবৈম: চংলো চংলো ইবেম্ন। খত্তেদ চাউন চাউশিল্লকইব লাইরিক তম্নবু তোকহল্লগত্র?

তোমচা: মুখী হায়রবাসদি তোকহনববু ফব্রব ফাংনি। অদুদি সনখ্যা, ঐখোয়স্ন য়োজগগে, অমগ অমগ চে-ম্নাক-চে-শিন ভেননব।

সনখ্যা: ফরে লেওঙো: শোয়'দি শোয়হনগমুখিকো!

তোমচা: শোয়হনজরোই, অদুদি ইবৈমশিক্ক........।

অমুবৈম: ফরে ইবুঙো য়োথীরো য়োথীরো।

(থোমচা নোংমাই চংখি)

সনথ্যা : নহাক্‌কী থৌরাং লোইরব্র ?

অমুরৈম : লোইজরে ।

সনথ্যা : চাক চথোম অমত্তং চারগ ভাইহাক্কং পোত্থাহৌব্রবদি, মুখিদাংস্ব তুব কংলরোইদৌরিবনি । মুপী মচান মরোল অম শাউরিব, (হায়ন হায়ন ইমুংদ চঙখি) (অমুরৈম পোৎ-চৈ লোইশিলহৌই মনুংদগী সনথ্যান অমুক) অমুরৈম নথোয়গী হিদাক অকবা অদু থব থমদব য়াদেনহায়. তোং-খিংথাইদগী অকব পীরকউ হায়ন মুংথিলদু ভাইহাক্ক চংলুগব্রা ?

অমুরৈম : মথোয়গী, য়ু তুশান অগৌবদ খোইহি মচু মানবী মখুম ছেক হাংদোকপদ ক্ষোঙ্গোন বুবু শৌবী অদুগুম্বদু নব্রবদি থকউবু য়ানি নিঙদেদ ।

সনথ্যা : হোয় হোয়, ক্ষোরেন জিকর হায়বত্তুনি । হকচাংস্ব য়াম্ন কৈ হায়নরিবনি । (ভাঙন-ভাঙন লাইথুরুপ্পগী কি হোংদোক্কুন চন্দন লংন থিন্দুন থোরকই ।) কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে রাধে । নহাক তুকান্দ চত্তব য়াদেকো ।

অমুরৈম : হকচাং কৈ হায়রিবসিবু ঐম্ন শিজিন্নব য়াগব্রও ?

সনথ্যা : অতুদ নুপীমচান মচিন পোমগদবত্তুদ লুখ্রেদ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, চাক থাংদোরকলো ? (চাক পুথোরকই) জয় মহা মহা প্রসাদ (অচমন তৌই-চাক চাথোম অমত্তং হাব হৌই)

সনথ্যা : হাওখ্রেদ ইপাই–ইপুগী ভাটন ভাকক ভাখিগ হায়বত্তু নিঙশিঙলকইদ । নুপীমচান য়ানিংদব থবক ওইরবসু মকি

মরোল পঙলৈদ লৈবীরগ লোইরেদনকো ? হোয়দ মাগী- দমক্তু তাল্লিব শেগনিদ, করি শাওকম লৈবগেদ। ( চাক চাব তোকই ) ( অমুরৈম চঙম শেংজিল্লি ) হন্দক্তি নহাকস্নু সনা লুপান নশা পূম্নমক পূমলং লংলগদবনি। নখুত্তস্নু লুপা খর থোরাং তৌ, অপাম্ব পোৎ লাকপদ লৌশিন্নবব। ঐ ভাইগাক্ত পোথাগে, হকচাংশি অমুক্ত নম্মকউশে। ( ভাঙম ভাঙম চেপখি-অমুরৈমন মশা নমই ! মতাং চান চাইগোই চঙলকই, সনখ্যা ভুমথগ্রে।)

চাইগোই : ইমাশি।

অমুরৈম : ( ফুগ হৌগৎলি লোয় ভাঙউ হায়বগী ইঙ্গিৎ পীরকই ) কারিগীনো নহাক্ত ফিংন লাকইববো, ভাইখো নঃবু তোমচাগ নোংয়াইগবু উন্নরব্রও ?

চাইগোই : উনজরে, ময়ম পূম্নমক খঙজরে। ঐদিনে ইমাশি হোরেল চাক চাদব য়াদেকো।

অমুরৈম : অদুদি ভা লৈরকউদন ?

চাইগোই : ঐ ভাগ লৈরকপ ওমলরোই। শে লুপা ৫০ সি পাইবীহৌরো, মী নেক্লগ লৈহনবীক্লরো। ( লুপা পী )

অমুরৈম : ইমাইপেম্ম য়াম্মনগ্রে ভাদবু শে ভরা [১০] দমক লোগে।

চাইগোই : মচু ফাওব ইকাই ইকাই পীজরিবনি।

অমুরৈম : ভাইখো, মখোয়গী ছুকাম্ব থোকপ হিদাক অভাংবচু খর লৌদব য়াদে হায়দুন নঙ পাবুংন হায়, ঐস্নু কনা থাশিগে খল্লমলিবনি, শে অবেম্ব শেলশিন লৈরকউ।

চাইগোই : ঐ লোয়ম ভৌজবয়্রগে, ইমাশিখোয়নম্থ খগুলয়োই, শেলজুস্থ পায়শিমবীহৌরো ।

অমুরৈম : নগবু ঐগোন্দ কয়িগুম খর হায়নিগুগুমস্থ ভৌই, করিনো কোইগম্থ হায়য়ুদন ?

চাইগোই : ইমাশিদ হ'পৎনুরগ ব্যবহার েোক্তে খনগয় ভৌজ'-বানি ( মনাকোংদ লোয় হায় ) নবচন্দ্রগ, ইবেম্ম খম্বাল-সনাগশি ভোইব মীমাংদ৷ লম্বীদ চৎমিয়ব, য়ারা শাব উই, ইমাশিখোয়ন চেকশিনবীগত্র হায়জবানিদ কল্লক্ত্ন হায়জ'বা নত্তেদ ঐগীসি ।

অমুরৈম : অর্থ লৈদ নহাক্ত য়া স । মহুদি নহায়হুম য়ে'শিন-থদবনিনে, নগুস্থ মবুংগুম নত্রও ?

চাইগোই : [ য়া মখা তাথব গুমদে ] অহুদি ঐস্থ অমুক চংচয়গে ।

অমুরৈম : করে করে, শোই'দ শোয়গম্থ । [ চাইগোই চংখি ]

সনখ্যা : [ য়াওনখোকপ ওইন মাই ওস্থোরকই ] করিনো গুাই-হাক্ত পোত্থাব য়াদেদ । উয়োল-শায়োল ভৌবসি মুং-গুাইত্তেদ ।

অমুরৈম : মমুংদ চেপ্পীবনবু মুংগুাইরগনি ।

সনখ্যা : মহুনহুম চুমলগত্র ? [ হায়দুন েৌগক্ত্ন চংখি ]

[ খম্বালসনা অমস্থুং বিনোদিনি চংলকই ]

অমুরৈম : করিগীনো স্কুল কাখিবদ মগুাইরি লাকপন হায়বদি ?

খম্বালস্না : ঐখোয়গী ওঝা অম-এম এ পরিক্ষা গুয়ে হায়দুন ছুটি থা-দোকপনি । ইতা ফম্মুসে । [ চৌক্রি থাই ]

অমুরৈম : বিনোদিনিস্ন লাইরিক অমুক তমলত্রনে ।

বিনোদি : তমদে ইমা, ইতাসি কোলেজদ মিং চল্লগনি হায়রে ।

অমুরৈম : নখোয়গী জগোয় ঈছৈহয়'স্নর ? পামজদে লাইরিক মরি লৈনদে, ত্তৌগস্ন নপাবুংন য়ারোইকো ।

থম্বাল : পাবুংদি জগোয় ঈছৈ য়ায় পামই য়াগনি ।

অমুরৈম : খওদে খওদে নং-পাবুংগ য়ানব গুাওনৌ । বিনোদিনি নতাগ চাক চখোম্ অমমমদং চামিয়গের ?

বিনোদি : ইমাশি চাজররোই ।

অমুরৈম : অদুদি ইমাস্ন, চাক চখোম্ অমস্ত চাকখিংগেকো !

বিনোদি : ফগনি ইমাশি । [ অমুরৈ চওখি ]

থম্বাল : ইতা গুম ফম্বস্ন স্নংওাইতে, ঐ হারমনিয়ম লৌখোক্লগে ঈছৈ শকৃশিদো, লৈরস্মু ঐ লৌখোক্লগে [ চওখি হারম-নিয়ম পুখোরকই ] সে, নহাক হারমনিয়ম পায়য়ু, ঐগী ঈছৈ অম লৈ নহাক তাও ঐ শক্কে ।

বিনোদি : করি ঈশৈনো ?

থম্বাল : "স্নপীগী থৌনা" হায়বদো ।

বিনোদি : রেডিওদ শকথ্রবঙু নত্রও ? মঙুদি ঐস্নু ফাই পুয় হেক্ত শকৃমিয়শি ।

[ বিনোন হারমনিয়ম পায়, থম্বালসনা ঈছৈ হৌগদবী খোয়াং ত্তৌরি । ]

## ঈছৈ ম্নাগ কলান [দ্রুত]

ঙাক্লসি মুপীগী ইজ্জৎ
খঙহনশি মুপীগী খোনা
লাকচমনংগ্রে মুপীবু
কনবীদয়ে কনানস্থু ॥
উয়ে ত'য়ে তক্তুন
নোংম কাংদরে লৈবাকসে
তৰদ খম্মোয়সে কায়রে ॥
কনসি ইশান ইশাবু
করি ম্নাংপগে ঐখোয়নবু
দুর্গা লানগী মবেম্মনি
ঐখোয় মাগী শায়োন্নি ॥
ঙাক্লসি……… ॥

অমুরৈম : ঈছৈ অহু কনবু কইজেনহৈ ইচাশা ।

খম্বাল : ঈছৈ ওইনবু শক্লয়োই, খবক ওইনবু তৌরগনি ।

অমুরৈ : নিপা ফুগে হায়রিবয়নে নহাকী ম্নাহুবো ?

খম্বাল : ফুরগদবনি । হৌজিকানগী অঙাওব নিপাশিংসে ম্নারক-
পীনিংঙাই মতিক চাব অমত্ত লৈতয়ে ।

অমুরৈম : ইমাইপেম্ম কিয়েদ ! তৌ-ঙমলেদা । নিপা ফুব মুপী
হায়দুন ফাওবনি, অহুদৈদি নয়ুম পানব শিংলনি, কনান
লৌবিনি ।

থম্বাল ঃ নিপান মুপী কাহুন লৌবদি য়ারগ মুপীন নিপা অপাম্ব ফাবদি করিগী য়ারোই । তস। মুংশিদবাইনিম। [ বিনো-দিনি থম্বাল হৌহুন নোকই, অমুবৈমসু গতি লৈত্ৰহুন নোকই ]

অমুবৈম : অঙাওডাশা। মীন তারগ কিনরনিনে নখোয়বু ঃ হঃ ইমাইপেম্ম । ওমদ ওমনিনে ঐখোয়'গুপীসে । ফাদন ফার-বদি পৈশা পায়ব ফাওকো ।

বিনো : চানব তাকপীরেদন ইমাশিমু ।

অমুবৈ : অচুম্বনিনে বিনো, শেল পায়ত্রবদি মশক ফজবন কৈদৌনি, শংবাইদ ফুনমঙা (২৫) দগী তাম্রব কানশিদবো ?

সনখ্যা : [ উইক্রম, উইক্রম থোরকই ] করিনো ওহোক্র লাং-খেৎদকো, বিনো নঙমু লাক্লিবর ?

বিনো : পাবুং লাকচরি ।

অমুবৈ : হঃ জগোয় তম্বয়াওরনি হায়ৱে মহুপীদমকত বিনোগ লাকমিন্নরিব ।

সনখ্যা : তমসমু কৈদৌগে মীন তৌনদব থবকসু নত্তে । মনিপুর অসি জগোয়গী মপান্দগী পৃথিবীদ ফাওরিবনিনে । তম্মু তম্মু পাবু'ন য়ারি ।

থম্বাল : য়ু, গঙ্গা, কানী জুরারন শিনকর ওইহুন মিংচং, পুন্সি মাংহনগদৈ শক্রক করিনো থবক অম পায়থংপন হেন্র কৈদনা ?

সনখ্যা : আই আই ঐখোয় থম্বালখোয়সি লৈবাক্কী মী হায়বত্থ ওইগদৌরিব্রা করিনো ?

থম্বাল : পাবুং ! ঐ জগোয় তম্ব চংলগে, গুসিমক য়িং চল্লরগ-দবনি ।

সনখ্যা : হোয় হোয় অত্থমত্তাইরেদন, মমংত্রিতৈদা য়ুম য়ৌরকউকো ।

বিনো : পাবুং চংচরুখ্রিগে । [ থম্বালগ লোয়নন চংখি ]

অমুরৈ : মাই' পাবুংন অত্তাং শেম্মীবেদন ?

সনখ্যা : মহৈ ওমগে হায়বদ ঐন খিংউত্থন করি কাম্মগনি । ঐগীস্থ ঐহাক্ক অপাম্ব চথগদৌরিবসিদি, মখোয়ত্থ শোয়-ত্রবদি ফগনিদ । [ নো'য়াই, তোমচা চংলকই ]

নোং-তো : সনখ্যা জয় জয় [ খুরুমই ]

সনখ্যা : ইনাওশা লাকও লাকও ফম্মো লাও । হিদাক থক-শিসে । [ অমুরৈম গঞ্জা' মপোং মচৈ পুথোরকই ] অমুরৈম ইবেম্ম নহাকস্থ কন মবারে । তায়ুম্‌ ফিদা-কস্থ থাজিল্লো, নখোয় তয়ারিদ লৈরেদন-কো ?

তোমচা : অজ্ঞা য়াবীকগম্ম খোং খোংপা তম্নারিদ লৈজরে ।

অত্তো : [ ঐজ্ঞা অত্তো চংলকই ] করিনো ময়ামশিবু চাক চান-গদৌরি'জাংলা ?

সনখ্যা : চঙলকউ, চঙলকউ ইবুঙো, ফম্মু মতৈমশিঙন ফিদা থাররনি ।

অমুরৈম : ইবুঙোস্থ য়ৌবিরব্রেদন । [ ভাগুন ভাগুন ফিদা থাই ]

নোংয়াই : ঐস্তা গুসিদি উকিল শনি গোপাল, ঐখোয় চাইগোই ড্রাভর, মিংতোং পোকেটমার, ঠিকাদার গুকো, চাউমাইকাই মখোয় মগাসি ক্লাসত লাইবক চাং য়েংহনগদৌরিবনি ঐস্তা।
ঐস্তা অঙৌ : বোর্ডপু কয়া কয়া হাপ্পগদৌরিবনো ?
তোমচা : বোর্ডতি লুপাদগীক হৌগে হায়ররনি।
অঙৌ : ইস। য়াম্ন চাউনগদৌরিন।
সনখ্যা : জ্ব'র, অঙ্গা হাম্নবসি লাই হাকুন্তগী শাম্নরক্লবনি।
অঙৌ : চুমদি চুমই হায়ববু যুধিষ্টির মহারাজনচিংব পণ্ডব য়াম্ন রানখি।
তোমচা : ঐস্তা অঙৌ করিনোনে হায়বীরিব অহুবো, অমাঙব পাণ্ডবকী মীচঙদ চঙগদবগী শকক অরোব দুর্যোধনগী মায়-পৈদ লেপ্পীয়ুদন, করিগীবু রারুগদগে ?
অঙৌ : চুমইনে চুম্ববুদি, মগামস্তু লাক্তিংদ ভাইব ওইন অনি বোর্ড তুরি ভাইহাক্তবু শাম্নশিনে।
সনখ্যা : চুমইনে, ঐস্ব হৌদোকে খঙ্গমলিববি। ফম্নরো ফম্নরো। (ইকোই কোয়শিন চে য়েনব হৌখ্রে, বোর্ড হাপ্পখে)
অমুরৈ : ঐন্ন ভা খর লৈজরুখিগে।
সনখ্যা : মমলকন্নহৈ অমু ইবেম্ম। (অমুরৈম চংখি।)
তোমচা : মকোনবু খেংনরবদি ঐস্তা অঙৌখোয়দি হনগদব লৈত্রে-দন। (ময়াম নোকই।)
চাইগোই : (বীয়ার লিককি অম কোম্নন, চঙলকই) পাবুং! ন চ লাকচরে, হিদাকস্থ পুজররে, তু (উংলি)

সনখ্যা : নহাক লাকপ করেদ, কম্রাদ লৌরকই ?

( তোমচা, নোংম্বাইনস্ত্র কম্মু কম্মু হায় )

চাইগোই : থওনবকরীগি, সুপা কুন্থ্রামওা (৩০) বু.লাচৌইদ। হকচাং কথ্‌গদব হিদারি ঐজ্ঞা, হায়স! ঐজ্ঞা অঙৌ ইইন, জয় জয় সুংশিব। হোয়েন হিদাক থকমিন্নশিকো।

তোমচা : ঐজ্ঞা অঙৌব্‌, হিদাকপু হৈনব্রনে ?

চাইগোই : বামোন য়ায় থকপ উরে, থক্তবকা য়া.র'ই ঐজ্ঞা অঙৌ, গঙ্গ জলনি থত্নু'সি ?

অঙৌ : লোয়েন থম্নশি, লাও মখোংত্বম শিল্লো।

চাইগোই : শিগ্নগে ঐজ্ঞা সুংশিব, পাবুং ইবুঙো সুংশিব, তাদ অনি সুংশিব, লোইন সুংশিরে। ইমা ইবেম্ম সুংশিবীদি কদায় চৎরে ?

সনখ্যা : ঙা লৈব, কৈথেন্দ।

চাইগোই : ঐ, ঙসিদি চাক চাদব য়াত্নবনি পাবুং। হরে কৃষ্ণ, ইবুঙো। ননাইন পৈশা লোইন লৌজগেকো।

তোমচা : [ ময়ামস্ত নোকই ] অঙাঙবস্ত্র পৈশা পায়বোইরে।

চাইগোই : পামথেদ তাঙোন, কদায় ঐগী চে থুংলো।

নোংম্বাই : ঙাইথো অমুক্ত চাখিগে।

চাইগোই : ঙাইব য়াদৌরি, ময়াম চুরুট থকউশে। [ পারম উপ্ অম লৌথোক্‌ন ময়ামদ য়েন্নি। ]

অঙৌ : শেল পায়বসিদি চাইগোইদ মহেল্লেদল্লা ?

চাইগোই : ইমা-ইবেম্ম কালিমাই' কৃপাদগী, ঐজ্ঞা ডিমাপুর খোঙ-চং অমুক অমুক্ত গঞ্জা সের ৪/৫, ৪/৫ তত্তন পুজবদৈ লুপা থর পায়জরিব অসিনি।

সনখ্যা : হৌজিক অসিদি হৈ-শিংলগ লোয়রেদ।

অহুম ময়াম অদু হুরিগী হৌনবী, কনান করি থাবিব, করি য়াংলিব অহুম ময়াম অমগ অমগ হংনরি অমম্মং চে থারি।

তোমচা : তো-ম্পোকতি উংদন চাইগোই ?

চাইগোই : ঐবু চংশ্রবদি মনম্ নমহুন ময়াইন খিজরক্লগনি।

তোম্পোক : [ চওলকই ] ময়াম লোয়ন তিল্লমলেদন ?

সনখ্যা : নহাকা বা হৌজিক ভাডনরমইবনি।

তোম্পোক : করি করি ভাঙনরম্লিব ?

তোমচ' : নরিন্ ৈক হিদাক থকসি য়াগম্লে শিঙাইদন।

তো-ম্পাক : ঐখোয়গী ড্র'ইভর সহেবন হায়রমগনি থওই।

চাইগোই : অদু অদা থওদে নহাক ওসি হনব য়াম্রে।

তোম্পোক : লাঞ্জাও থেংনব ভারত্রও ?

চাইগোই : তারে ভাই।

তোম্পোক : অপাৰ থবক্তি মাই লৈরোইদবনি। ময়াম মরক্ত জাং তিন্নদব মী য়াওইন।

অঙৌ : ঐভোন্দনিশে ! মতমগী খোওথাং হায়ব অসি য়াওদব য়াদে, থর থরম্ভ য়াওব তম্ব তাইদন।

[ মতম অদু নুমিদাংগী য়াচংব মতমনি তাঞ্জা অসিদ থগাল-ম্না. নবচন্দ্র, বিনোদিনি, রাধেশ্যাম চওলকই। ]

সনথ্যা : মুপীমচা থেঙলকইদ, হৌজিক কাল অসিদদি পঙথেঙ থেঙনস্থু চখোকমুনে। ইচাশা নখোয়স্থু লাকলি ?

নবচ : পাবুং ঐখোয় ময়াম অশুম থম্বালস্না, বিনোদিনিংখোয় থিনবিরম্লগে হায়ছুনা থিনজরকলিবনি।

সনথ্যা : ফৈ, ফৈ নখোয়না অঙাংশিং অসি থর থর য়েংসিনবীয়স্থু ফৈ।

বিনো : পাবুং ঐখোয়ব্ তামো রাধেশ্যাম খোয়না মচলদ মচলগুম থনবী। কলেজদগী লাকপদুদ লম্বীদ থেংনদুনা ঐখোয়বু থিনবীরক্লিবংসনি।

সনথ্যা : ফরে, ফরে [ চাইগোই, তোম্পোকন উবদ শাওরকই। ]

চাইগোই : মী থিন্‌বসি থিনবিয়ু হায়রবস্থু হেক্ত থিনবীব অাং অমস্থু লৈরি।

তোম্পোক : লৈ, লৈ।

রাধেশ্যাম : ঐখোয় অহুগুম মীতাস্থু নচ্চদে।

চাইগোই : অদোম্‌দ হায়জব নচ্চদে। কনাগুম্বশিং য়াওই হায়জ-বনে।

নবচ : ভাবতাস্থ হসি ঐখোয়না তৌরিবসিগ য়ায় মায়হনথে, মহু ফজব থর রাংকনি।

থম্বাল : ঐখোয়না থিনবিরম্মু হায়বহ্নদ থিনবিবনিদ তা-চাইগোই, ফরে তামোখোয়স্থ হনবিরো, বিনো. নহাকস্থু তামোখোয়না য়ুম য়ৌব কাওব থিল্লগদবনি·········।

রাধে : অহুবু'দ থিনগনিদ; পাবুং ঐখোয় চৎচরে।

সনথ্যা : চৎলো চৎলো ইচাশা [ মখোয় পুন্ন খোকখি । ]

চাইগোই : [ থম্ব লম্না ইমুঙদ চঙখি ঙৈদ ] হৌজিক কালগী কলেজ ছাত্রশিং অমি লন্ য়াম্না হেল্লিরে, খর য়ৈথদব য়াঙ্গ্রি ।

তোম্পোক : সাহেবকী চেকসিন্নরুব কান্দ চেনগনবসিন ।

চাইগোই : ভাই ! নহাক'য় হিগায়রাদ ওইবসিন ।, খোইদোশে শাওগৎহনগদৌরেকে। ।

নোংয়াই : নচালগী মকোম অত্ত কাওনত্রিসে মখোয়গীশে ।

তোমচা : চাং অমুমূক য়েঙথোক্লরগ থঙনজব হায়হুনি ।

চাইগোই [ ফূক হৌগত্না ] হৌমং ঐ য়াম্ন মুঙঙাইত্রে, মখোয়দ বা অমদি হঙহৌদব য়াদে ।

নোংয়াই : [ থামই ] চাইগোই ফত্তে চৎখিহু ইবুঙো ।

চাইগোই : নহাকস্থ তাদন মথামই, ঐ পুক্লিং থর হুংশি থাদোক-পীয়ু তাদ । ( নাম্থোক্নুন চৎখি )

তোমচা : চাং য়েঙনগে হায়রবস্থ যেঙনজরসনুদ, তল্লেদ অঙাংশিঙ-শি, তোম্পোক চঙন মথৌ হেক শঙকেদো । নঙবনি নঙ থাম্মুচো চৎলু ।

সনথ্যা : নোংয়াই ! নহাক থাম্মুচো, অত্থগ অঙাংশিঙহস্থ পুরকউ ।

নোংয়াই : ফনি পুজরকে ঐজ্ঞা । [ চৎখি ]

থম্বাল : [ থৌনা ফন থোরকই ] ঐখোয়ন ঐখোয়গী ইথৌ তোজবদ করিগীনো অস্তুক য়াম্না য়েৎনবীরিবসিবো ? তাঙ্গা অসিদ চাইগোইবু নোংয়াইন চপ্তুন পুরকই । নবচন্দ্র, রাধেশ্যাম, বিনোদিনিস্থ য়াওরকই অমুরৈমস্থ কোম্পাক অমদ

ভাজাও অম হাপ্তুন চঙলকই ।

নেংম্বাই : চাইগোই নঙ ঐন হায়রবসি ইল্লু, যা মথাতাগনু ।

চাইগোই : তাদন থাম্বদ য়াজরিব অসিনি ।

অমুবৈ : ইবুঙো খোয়পিন লাকপীরমক্রবদি ইরাঙ করিনু তৌরোই-দবনি ।

নবঃশ্র : ইমাশি, থনজরকপ ঐখোয়না লাল্লবনি ভাকপীয়ু। মতুঙ মনাও চঙজরক্লরোই, খিনবনু থিঙ্গরক্লরোই ।

চাইগোই : থম্বালম্বু, নঙম্ব ঐখোয়গী ইচ'ম্ন, ঐখোয়নমু খিনবীব, ওকপীব য়ারিবনি ইশাশি অমসুং প বুং য় য়াবঙ য়াওদে হায়রতুন লৈজবনি । চানবীরিবনি হায়রতুনবু লম্বীদ বামী শাহুন, খোইনদব ওইন চংমিম্নব অহুদি অভাং মাওহনগে হায়রতুন তৌবনি মহু কন্তে ।

অমুবৈ : চাইগোইন হায়রিবসিমক চুমইবনি ।

সনথ্যা : চুপী ! চুপীন যা ভাঙগনু কন্তে ।

থম্বাল : পাবু ! ওসিগী ভাওনরিবগিমক বদনাম ওইহনগদৌরিবনি, ভাব থম্ন ভাবীব কৈ ।

অমুবৈ : হৈ, মহুবু ব্যাবহাররা হা...... ?

থম্বাল : ইমা ! অচুম্ব ভাঙখোকপদবু ব্যাবহার নংপ নত্তব অমুক লৈরিবর ? কত্তব লোল্ ফত্তব লমচৎ অহুত্তবুনি জখেংন কজিব, ওসি ঐখোয়বু খিনবীরলিব'সি মমল ওম্বোক্ল য়ামথ্র'পোৎনি ঐখোয়গীদমক্ত শিবীগে খনবীরিব ভামো অনিমকপু থম্বালম্নাগী মরুপ ওইজনিঙই অমাঙব থাকী

লমচংক লোয়নবা তিন্নবিনিঙই। মী হায়বসি মী অমগী মথা পোক্পে; অঙক্‌ মীগী খঙ্খোইদি "সনাগী য়েক্লমনি"!

অমুবৈ: (শাওনা) তোগঙ্নুকো থম্বাল, মুপীন লম্‌হেনবা কল্লে।

সনখ্যা: ভুমিন লৈয়ু খম্ম, নঙ এবু করি ওইনা উই, হা……? হবুত্তোবোয়। চংলো শাওগনু।

থম্বাল: তামো ,লম্বীয়ো, বিনো চংলো; হয়েঙ ঙস্তা Dance College দ চংমিন্নবি। তামো হয়েঙ College লোইরগা থাবা অমত্তা শাগদবা নৈবি।

নবচন্দ্র: [মথা চিকই] মায়ম পুম্নমক এখোয় চংচরগে

চাইগোই: চংলো চংলো… য়ারনি। [খুংশিদবগী মতৌদা]

সনখ্যা: খুমিংসু তারে ময়াম ইমুঙদ চঙলসি, মায়োক্নদ শায়-বসি মীন উনগনু কজত্রে, করি হায়'গে?

তোম্পোক: মচুনচুম বৈবে পাবুং, এন্নু পোং-চৈশিঙশি লোয়-শিন্নগেসে। [তোম্পোক পোং-চৈ মখুঙদ পুশিনখি] ময়ামসু মথঙ মথঙ ইমুঙদ চঙখি, অমুবৈম কোম্পাক্কী থাহু খবংতুন মতম তাইরি, চাইগোই মথবাই খুংতাইত্তন নৈরি।

অমুবৈ: [ভুঙ-মাঙ হম য়েঙলগা] চাইগোই। নঙগীদমক্ত ইমা নৈরি, [মনাকোঙদ বা খম লোয়্ম হায়] করি খুমিন্তনো নঙন পুনিঙব খুমিং অমদ পুরখে। [চাইগোই নোক-ঙ্কেং তৌনা সলাম তৌরগা ইমুঙদ চেনশিনখি থম্বাল থোয়কই]

থম্বাল : ইমা ঐহাক য়াম্ন হৈনম্ৰেকো তৌরিব নোম্না ময়াম্নসে, ঐন য়াম্ন ভনথুব মীয়াম্নস্নু য়াওরে।

অমুবৈ : মুপীমচা ! ইমাগ পুকচেল ভিম্নব কৈ হৌবেম্ন।

থম্বাল : ইমা ইমুভদ চঙবীথে। [ মথম্বাই মু'ঙাতন চপ শেপ্পুন লৈরি। ]

অমুবৈ : লাকও। ( কোম্পাক পুশিন্দুন চঙখি ]

থম্বাল : ( মপী চত্নম চত্নম শিম্নরকই ) হস ! লুখ্রেদ মুপীগী মপোক·········, ভাগী পুন্সিগ য়াম্নরব পুন্সিমি ঐ৹াক অসি, ভাগী শিকম য়ামই, শিংলব মীওইবন মথল্ মথলগী লাংন কাননব হোংনবগ ঐগ চপ মাম্নখে। কুংলব ভাগী দযাগ মুপীগী দযাগ চপ মাম্নে। [ নবচন্দ্ৰথোয়ন চংখিব মাইকৈদ মিং কুপ্তন য়েংলকই, ইথং খঙহৌদন নোম্নকই ]

থম্বাল : হুমঃ হুমঃ মুপীগী থোনা········· !

হে সত্য সত্যন সাক্ষি ওইগ্ৰসন্নু······ !! য়েংহৌসনু ঐভম্বী মুপী অমন করি তৌব ভম্বগে হায়বন্থ সনাজগী মমাভদ চপ চান উংলম্নগে।

INTERMISSION

# মরিশূব মতাং

## অহুমশুব উৎপ

(১-৪)

মতম অমুক পুং ৮ (মফম সংখ্যাগী মাঙ্গোল)

সনখ্যা হকচাং ওমদহুন মাঙ্গোলদ হিপ্লুন লৈরি। অমুরৈমন সেবা তৌরি, কানি রাক্তং নাক্ত লৈরি, নাকল অমদ চৌক্রি অনি খাহুন থংলি, ফক অমসু থারি। থম্বাংলম্না চৌক্রি পাম্বহুন লেপ'ল।

সনখ্য : অয়ো! থবাক অসি নাবন থাওব ওমদ্রে ঐবো, হরে কৃষ্ণ, রারেদ। [লোক অমুক'নিরক খুরকই]

অমুরৈম : করিসু তৌরোইদ, ডাক্তর অকব অম য়েংহল্লগ শোয়-দন ফজগনিদ।

সনখ্যা : নাবদি কুইরবনি অমু, লোইরমদাইগী লা-ই-হৌ লাক্লব-নি। ফত্তব চিঙ্খাক্ন মফ ওইবচিঙ্খাক ওইরে; অন্নাব রাথলতন রাথল ওইরে, ডাক্তরগী মথো লৈবরোই, ঐগী হকচাং'সি। অহুগী মথক্ত হৌজিকপু লুপা লিশিং ৫০০০ বু নোংম নিনিসিদ চাইগোইদ শিংব ওমগনি হায়রবসিদি ওইখোক্তুব রানি।

অমুরৈম : হোরেন মথোয় লাকখিনি, মচুদ বা নিংখিন ডাংনরগ

লোইরেদ, করিনু লৈতবদ পঙরানু রাবীগন্নদ মাই'পাবুং।
নুংঙাইন পোত্থাবীয়ুসে [ মশা নোইবী ]

থম্বালসনা : ইমা ঐদিনে থোকখব খম তৌগদৌরিবনিকো ঐহাক
না য়াম্ন ঙাঙনিঙদে।

অমুরৈম : থম্বালসনা নহাক ঐন হায়বদ ইনগদবনি। মমা মপা-
নবু মচাগী ফন্ননব তৌব হৌনব্র ? নঙগী ঙাক'নব্রাও
পুম্নমক অসি, করি লৈরি ঐখোয়গী নঙ নন্তন, মুন্ন
ি'চান্ন ত্তৌ। [ থম্বাল না ঙাঙদন থুন চংখি ]

সনখ্যা : থম্বালসনাসি লম য়াম্ন হেনগদৌরিকো অমুরৈম। মসি
নঙন লাকহৌব্রবদি বদনাম লাক্লনিকো খঙ.উ। [ থম্বাল
কিয়োল শেংলগ থোরকই ]

অমুরৈম : কদায়দনো অন্নক ঙন্ন স্কুল কাগদৌরব্র, চাকস্ন থোংব্রি
করম্ন তৌগদৌরিব ?

থম্বালসনা : ঐ চাক চায়রোই স্কুল অন্নম কাথ্'নি । বিনোখোন্ন-
দস্নু চংলু'খিগনি, মাগ না খন্ন ঙাঙনগদবস্নু লৈ. স্কুল
অমুক কুম্নরোই ডাস কোপেন্নবোমদ অহুমক চংলগনি।

অমুরৈম : চন্না হেন্নগ করম তৌগদৌরিব, নায়গ বেন্না তৌহনপে
শিল্লিব্র ? চাক থোংলগস্নু চায়গ চংলু, নুপীমচা কান্ন-
রোই—নুপীন লম হেনগন্নু।

থম্বালসনা : ঐত্তোন্দ না য়াম্ন ঙাঙবীবক্লগনু তাজনিঙব্রে। ( কেং
হায়দোক্ু.ন চংখি। )

অমুরৈম : ( শাওদ্ন ফুক্ হৌগংলি। ) হায় নুপীমচা. নঙ লম

য়াম্ন হেল্লহকো । নিপান লম্ হেনবদি হায়ন হায়ন মঃক, মুগীন লম হেনবদি লৌথংপ য়াদন মাঙ্‌ই, বদনাম তোই, কান্নরোই। মসি নমথুন ময়ুম পালহনব তারে। ( অমুক ফমথে, নোংয়াই ঐজ্ঞা অতো চংলকই )

সনখ্যা : নোংয়াই, ঐজ্ঞা লাও চঙলকউ ফমলো লাও ।

নোংয়াই : সনখ্যা জয় ! জয় ! ( খুরুমই )

সনখ্যা : জয় ! জয় ! করি তান্নশি হায়ব ইনাওশা ?

নোংয়াই : ঐজ্ঞা, ননাই ঐ অমত্ত হঙ্গৎচগে য়া বুধী তৌবীগনি ঐ । ননাই ঐহাক্ত তিন্নজান্নিব সজ অমদি থবকশিং অসি য়াওজনিঙব্রে-তোকচনিঙলে ।

সনখ্যা : নোংয়াই ! বা অতুগী ওইববদি ঐতোপ্প হুকুম তৌগদব নত্তে, মত্থ নশান খঙন তৌজগদবনি । নহাক্ত তিন্ননিং-দবব্ ঐন নমথুন তিন্নহনব ওমত্র, হা করি হান্নবগে ?

নোংয়াই : ঐজ্ঞা, বাঙাঙ শাঙাঙ, চিঙ্গাক লৈবাক মচা তামনখিব্রে ননাই ঐহাক হৈনদবন শিদোরে ঐজ্ঞা ।

সনখ্যা : [ ফমই, শাওরকই ] নহাক ভাব ওহোক্ত তামনখিব্রে নোংয়াই, নঙন হায়রিবত্থ ঐবুন্থ য়াওরেনে ইবুঙো তিন্ননিঙত্রগ তোকউ, মত্থবু ঐতোপ্প হন্ন হন্ন তাকপগী কান্নব লৈতে । চানিঙদব চিঙ্গাক নয়া কাক্তোক্তুন ঐন নমথুন ইনবত্থ নত্তেন ইবুঙো তোকও তিন্নরন্থশি করিশু কায়দেৱে ।

নোংয়াই : অত্থদ ঐন······( লু লুকথত্থন লৈরি । )

সনখ্যা : “অত্থদ” হান্নবব্ করিনো ? ময়েক্ত হেক্ত হান্নরো নোংয়াই !

নোংয়াই : ননাই ঐগী লুপা অছুদি·········।

সনখ্যা ঃ নহাক্কী লুপা ১০০/২০০'ছুগী য়ার ? ওাইখো ওসি ৫/১০ নিদং ওাইখো, জ্বারগী মহাজন হায়বছুদি মাংবন কোঙাইনি, অছুবু নংগীদি য়াডহল্লোই ইবো।

নোংয়াই : ঐগীদি সনখ্যান লৌবীখিবনি······ ।

সনখ্যা : ঐন লোৱবসু ঐগী থৃন্ত লৈত্রে, মীওোন্দ থওখিবনি মীন পীরক্রগ পীগদবনি ।

নোংয়াই : এ : মছুদি তৌবীগনু ঐজ্ঞা ।

সনখ্যা : চৎলো নোংয়াই, হোৱেন ক্ষেকমদ অমুক্ত লাকখো অছুগ মেন তাগনি ।

নোংয়াই : ননাই ঐহাক অমুক চংজরক্লরোই ।

সনখ্যা : কৈদোই, কনা য়াওই ?

নোংয়াই : য়ৈনিংব মী য়াওই ঐজ্ঞা ।

সনখ্যা ঃ মীন য়ৈদন তোক্লরনি ইবো, কনানোনে হায়য়ুনে মীশক অদো ।

নোংয়াই : ঐজ্ঞা, ফুজ্ঞরকখিগে অছুগ মথক থওবীয়ু । ননাই ঐগী লুপা অছুন হয়েং লৌজগে, অমুক লাকচগে চৎচরে ঐজ্ঞা । ( থুরুমই, থোকখি )

সনখ্যা : চৎলো ! ওসি ৫/১০ নিদি লাকখিগনুকো নোংয়াই । ঐজ্ঞা অভৌ, ইপাইচা ঐখোয়দি কাইনখিগ্নশিনে ঐজ্ঞ

অচৌ ঃ পাবুং ননাই ঐগী লুপা থর অছুদি কংজগে হায়ছুন লাকচরিবনি, সনা থুক্ত লৈরবনি পীনবীয়ু হায়জরি ।

সনখ্যা : ঐজ্ঞমাগা, লুপা য়া'ঙ্খ নত্ত্রনে ?

অঙো : য়াঙ্খিদনি ঐজ্ঞা

সনখ্যা : ইচা'ই পৈশা মাঙহল্লোই, হোরেল শেন্দোয় চাওন হাপ্তুন পীগনি, লুপা ১০ হাপ্পীনি ইপান।

অমুরৈম : ঐজ্ঞা অঙোগী পৈশা মাঙলোইদ মুংশা থিগনু।

অঙো - অহুদি শোয়বীরনু, ননাই ঐগু চৎচরগে পাবুং ইম শি। ( থোকথি )

অমুরৈম : ফরে ফরে, চৎলো ঐজ্ঞা। সনখ্যা অতৈ শেলদি লাইবু লাগরি চাইগোইগী লুপা অসি করম হায়ন তৌশি হায়বগে ?

সনখ্যা : নহাক্ন ফরে হায়ব বুদ্ধি অম হৌদোরকউ তাশি। হিদাক অমুক্তং চিঙগেশে। ( কানী থকুব তৌই )

অমুরৈম : ঐন হঙ্গংপ ঙমদ্রবননি। চাইগোইদ থম্বালম্না অসি পিত্রশি চাইগোইন লম পংহেন ঙেনব ঙমগনবসু নত্তে, ঐখোয়দ অসুম থম্নশি. মহাক্তি লুপা লিশিং লাক্ষ পায়-রিব মীনি অহুপীসু মথক্ত মান থম্বাল স্নাবু য়া'ম্ন পামজে, সনখ্যাবুসু-ঐবুসু হেক্ পোকপ মমা-মপাঙম্ন নিঙই।

সনখ্যা : ( হিদাক থক্ন থক্ন ) উম থম্নব ম্নাব হাকম্নি নঙগী বা অম্নসু। ( তাঙ্খা মসিমক্তদ S.I. অমগ কোলটেবল অমগ চঙলকই ) এঃ ইবুঙো বাবু লেঙশিন্নকৃউ চৌক্রি অসিদ ফম্মু, হাই অমুঃ চা-চা থুরকউ। থোংউপকাতু ম্নাওজসনু হেক্ত কাখৎলকউনে অমহানিনে। ( ফম্মী )

কঁরি তাকপীগদব লৈব, চুম্ন লেঙ থারকপ্র ?

এস,আই : সনখ্যা য়ারোবীন্নু হেক্ত হঙ্গৎচরগে ।

সনখ্যা : এঃ বেরা করিমত লৈঙদে ইবুঙো ।

এস,আই : অতৈ থোইদোকপ অম নৎচদে, সনখ্যাগীদ জ্বার অগোব থর তোইন শান্নরিব অসি তোকপীরো। জাল-বস্নু কুইরব পোৎনি, রিপোর্ট লৈরবনি, শেঙন হেক্ত হঙ্গৎচরবনি। মীতাম্ন লোইন থঙজৈ, মতিক চাব তাকনি ঠিকাদার শুকো হায়রিব মী অসিম্নু অচম্ব নত্তে; স্পে-সিয়েল কনট্রেক্টরনি। লুপা শাথকি কারবার য়ামানি, উকিল শনি গোপাল মাররারি উকিলনি, লেল য়াৎপা লৈত্রব। অতৈম্নু মমিং লৈরব তাক্তনি, চাইগোই ড্রাইভর অফাংগীনি, লুপ য়াম্ন পাইরিবনি, মিত্তোঙ 4-0 রেকোর্ড লৈরব মীশক্তি, লোইন থঙজৈ। মুমিদাং ক্লাস অগোব শান্নব নুমিৎ অতুম্ন ঐহাক অথেঙবন লাক-চরম্মী; সনখ্যাগী মায় অমুক অনিরক্তি তাকচরিবনি। মতুঙ অসিংদি চনবাতুন থোকপীরো হঙ্গৎচগে হায়-তুন লাকচরিবনি। ( চা পুথোরকই, অঙ্গমক থকমিয়ৈ, চাননবম্নু য়াওরকই )

এস,আই : অসি হায়জৈ হায়তুন য়ারোবীগন্নু সনখ। ।

সনখ্যা : শাওজদে শাওজদে পৃম্নমক তাকপীগদবনি ।

কনস্টেবল : শায়ৈ থঙকদ-উন্নবদ, রিপোর্ট কংলবদ ফারোইদবগী মরম করিম্নু লৈতে । মরাক চোম্নদি লাইরি, সনখ্যা

চোম্ন য়াদে, মরমদি মাইগৈ' শোমগী সনথ্যান থিং-থৌনি অচুগীস্থ মথক্ত হৌজিক ৯৬৯৬ পাল্লিব য়াজ বঙশনি । অচুন স্না মায় অমুক" নিরক য়েঙ্করবদি ননাই'খোয় হৌনব থংদে হায়ক্রগনি হায়চুন য়েংজবনি। লানবদি ঐখোয়ন লাল্লবনি, মরমদি জ্বারদগী থানা না তোকপীরো হায়চুন পার্মিশন পিগদব নত্তে হায়বনি হঃ হঃ। [ এস, আইস্থ সনথ্যাস্থ নোকই। ]

এস,আই ঃ সরকারন য়াদব অথিঙব পূন্নমক প্রচান থাদোকপী-গদবনি, অচু নস্রবদি ঐখোয় ইশেল অমত্ত ইঙন লৈমিন্নব য়াররোই ।

সনথ্য ঃ অচুস্থ ঙাক্তনি বাবুন তাকপীরিবঽ ।

এস,আই : ননাই ঐন হেন্ন থঙজচুন হৎচব নংচদে সনথ্যান হেন্ন থঙবীবমগনি, চুম্ন য়ারী য়াতাই শানব হায়বচুনি। মযাই কাব পোংচাব, থকপ, জ্বাব শানবনচিংব অসি যাম্ন থুন মী মাঙহন্নবগী মশক্তি । মরম অসিন য়ু, গঞ্জা, কানী, লাওখাওব, অথিব য়াহৈন লাও থোঙচুন শি-জিন্নব পূন্নমক অসি থিঙননব হুকুম অসি মতম পূন্ন-মক্ত চলাইচুন অতম লৈ ঐজ্ঞা, অচুন থিঙচুনত্ত লৈরিব থবক্ত থঙব থঙন লম হেন্দুন তৌরবদি দণ্ডি মতিক চান অতুম ফচই, ঙাকপীনব করিগুম্ব মরম অমত্তশলৈতে। করিগুম্ব ১তমদ হুরানব মীবু ঙাকপীনব আইন লৈতব নত্তে, মশাদ বদনাম লৈমন্দবগী হুরুব কাররুবদ'শেংন

হায়দোকক্তুন মশান মারব হুরানববু থাদোকপীখিব মাম য়াওই ।

সনখ্যা । ইবুঙো ওম্মোক্র চুমশ্রে, ইচাগী বাসি তাবদ ইপাগী থম্মোয় অসি পুম্পোং পেৎলে । ইপাবু কাহ্নন পুরবসু ঐ করিসু য়াদব তৌররোই । ইচাগী বা অসি ফুহ্নন চৈহ্নন বারক-পদগী হেন্ন মমল মামখ্রে ।

এস,আই : মীবু পাওবার শিজিন্নহ্নন বারকপসি পাওবার তে রিব মী অহুগীসু খুদোং থিনিঙঙাইনি । মহুগী মহুত্ত পুন্ন জান তামিন্ন ন পাজে ।

সনখ্যা : চুমশ্রে- ইবুঙো ।

এস,আই : হুরানব অম থাদোকখিবগী বারী মতেক অম তৌজগে, হাকুম চাক য়ান্ন তাঙব অহুদ মচা ৪/৫ লৈব লাইরব নিপা অম মাগী মুপী অহুসু নাহ্নন লৈব মতমদ চানিঙ-ঙাইদি লৈতব, থবক শুকমশু লৈতব, অঙাংশিঙ অহ্নন চাগে চাগে হাহ্নন কপ্পরক্লবদ পীজব ওমত্রব বাস্থব য়ওেন-রক্লবদ, নারিব মুপী অহুসু লাইয়েঙবদি হায়করসু ইমুং অংগী চেং মুৎ অমকাওব পুথেক্লব লৈত্রব মতম অহুদ নিপাত্র নোংম মতোমত শিরগে হায়হ্নন অথেঙব অহিংদ থোরকপ মতমদ মপাঙ্গল কল্লব হুরানব কাঙবু অম থেঙন-রম্মী । হুরানব কাঙবুশিং অহ্নন লাইরব নিপা অসিবু কাহ্নন ইনাকখুনবগী কোত্তগী ফৌ হুরানব য়াওহল্লি, কুলি-শেম কৌ হেন্নহল্লি । লেপ্প লৈতন হোনব অহুদ য়ুসু

অহুন লায়রব নিপা অসিবু হুরানবনি হায়হুন ফোগ কোমন ফাহুন থানাদ পুরক্লে। নিপা অহুন বন্দুন ঐঙোন্দ পাও পূম্নমক অমস্তুং মহাক্কী ইমুঙগী অবস্থা পূম্নমক চিংখদন তমখোরক্লে। মরী অদু তাক্কবদগী ফো মপু অদু কপখোরক্লে মতম অদুগী কেশ পূম্নমক ঐন পাম্মরমই, ময়ুমদ চত্তুনা লাইরব অদুগী ফিভম য়েঙলুবদ তম্নিব পাওন মাংলমগে। কেশ অদু ঐহাক্ক হেক কহুপ ঙস্বদি নত্তবনিন জজদ পূখংলে, মাকম পূম্নমক জজদ খুঙহল্লে। মপুদ জজন য়েঙলগ "করি পাম্নি মপু" হায়্রবদ ধর্ম্ম লৈরব মপু অহুন "ঐগী আপত্তি অমত লৈজদ্রে" খুম্লক্লে। জজন নিপা অহুবু মমাল ঙাকপীখি। মসিনি সনখ্যা হুরানব ফাওব ঙাকপী হায়্রবদো।

সনখ্যা : চুমখ্রেদ ইবুঙো, হায় অমু নও লুপা থর পুখোরকউহে, ইবুঙো চাস্থ থকখিসি লুপা ১০০ দঙগ পাম্নবিখো। মতুঙ-মনাওকাদি তৌজরোই।

এস,আই : নত্তে নত্তে ঐঙ্গা ননাই ঐ করি'মত্ত লৌজরোই। মতুঙ তৌবীরোই তাকপীবহুন হেন্ন মুঙঙাইজখে।
[ চৎকে তৌই। পেন্দহুন "চৎচরগে" হায়রম্লগ চৎখি ]

সনখ্যা : [ অমুরৈম ! ইবুঙো বাবু অহুদ তাম্নরগ পীখো লুপা ১০০ থক্কং।

কন্সটেবল : সনখ্যা ঐন্ন খ্নোজরগে।

সনখ্যা : ইবুঙো হেক পায়রবীখ্রানে, য়োইনবদি বাবুগী মখুত্ত শোয়দনা য়োইনবীয়ুকো, অমু ইবুঙোসিদ পীখ্রে।

অমুবেম : শেঃ ইবুঙোন পায়শিনবীখ্রে। [ শেল পীবতু এস,আই উরক্রহন থুনমক হনজিল্লকই। ]

এস.আই : সনখ্য শেলসি লৌশিনবীয়ুদ, কনাই পীরকউ লুপাহ [ কন্সটেবলদগী লৌহুন সনখ্যাদ পী। ] শেংন হায়বীয়ু হন্নক্কী ক্ষেব অতুব লুপা কয়া মুক্তি শাবীবগে ?

সনখ্যা : ইবুঙো ! ঐন থাংদোকপদি য়ুমদনি। চাব থকপ খো-রাং ঐন তৌই, মহাজন মতেক অম ওইবৈ, অতুন অতুন লুপা ২০০/৩০০ লোমদি ফঙজহৌই। চাইগোই-দগী লুপা [ ৫০০০ ] লিশিং মঙা লৌহুন ঠিকাদার গুকো শনি গোপাল খোয়গী শেঙ্গাও পায়ননব ওইন মহাজন ওইখোক্রুরে, লৌবস্থ তক্রুন লৌখ্রে। চাইগোইগী লুপা ঐন শিঙত্র খুত্রি, মখোয়ন শিংত্রবদি ইখোল য়োম্বোক্রুন চাইগোইগী লুপা ঐন শিঙব শোয়ত্র'বানি, শেলসি লৌশিনবীয়ুদ।

এস,আই : পীবাগে হায়রগ লুপা ১০ থক্তং শোমদ পীবীয়ো, ঐস্থ চংচরগে।

কন্সটেবল : সনখ্যাগ বাবুগন ইচান হেক চানবীরে। [ লুপা লৌই চংখি। পুলিশ চংখ্রব তুঙদ চাইগোই, ভোম্পোক ১ম্বং ।F ভোমচা তেলকই ]

চাইগোই : পাবুং ঐখোয় লাকচরি।

সনখ্যা : লাও লাও ইচাশা ।

অমুরৈম : ইনাওশা ফমলো ফিদা লৈরে ।

তোমচা : জয় জয় সনখ্যা । ( ইমুড লোমদ চঙখি )

সনখ্যা : জয়ঃ জয়ঃ ঙসিদি নোংযাই অচু শাওরমই, শেলসু থৌ-
রমই, ঐসু থর শাওগে, ময়াংসু তিন্নররোই চঙসু চঙ-
লক্লরোইদ্রুম হায়রমইদ ।

চাইগোই : মান শাওদ্রুন কৈদৌরনি । পবুংগী শেলদুম মংঙদ্রুন
তোকনিকে', শাওনিঙলক্তুন পঙফু ফুবর থঙ'ব্র ।

তোম্পোক : হায় হেক্ত ফুব হায়খিন্নে সাহেব

সনখ্যা : তোম্পোকী য়া ঐ য়ানিঙই । ঙসিদি পুনিশম্নু মাক-
লমই, ঐখোয়গী থবক অসি মনম ওন্থোক্ত চাউখ্রে ।
মতুঙ মনাও তোবীরগদবনু হায়রগী ।

চাইগোই : পাবুং থবু তাইন, চৌরবু তোথিশিনে । মপুক শেং-
দব তা-নাংয়াই, ঐজ্ঞা অঙৌ মখেংয় অসি চঙহন্দব ।

সনখ্যা : কৈ, মদুন কৈ ইচাশিদি । [ অমুরৈমন চুরুট পুথোরকই ]

চাইগোই : [ অমুরৈমদ ] ইমাশি ঙসিদি য়া থর হুন্দংপ তারি,
পাবুংসু ত হুপ্পনিঙই ঙদুবু............ ।

অমুরৈম : এঃ ইমাদ হেক্ত হায়য়ু, পাবু. য়াওরবসু অঙ্গানি

তোম্পোক : ঐখোয় তাব য়াদব ওইরগন তা-তোমচাগী মনাক্ত
লৈরগে । সনখ্যা ইপা ইচাসু মমুঙদ অমত্রুম হোংন-
রুশিনো । ( সনখ্যাসু তোম্পোকসু চঙমিন্নখি )

চাইগোই ঃইমাইবেম্মচাগী নুপা অদু করম তোবীগে হায়রিবনো ?

পাবুংস্থ চুম্ন মহাজন ওইবদ নত্তন লাইবক য়েঙবদ শিং নাম্ন থাদোকখ্রে। ঐস্থ দাউ য়াদবী হায়বত্থ থম থেঙ-লবনি। পাবুংন করি তাকপীরিব? লুপা লিশিং মঙা [৫] ত্থ শুবীদ্রবস্থ লিশিং অহুমদি শুসিগী মুমিত্ত পীবীদব য়াদে।

অমুবৈম: চাইগোই! নহাক, ঐখোয়দ য়া অত্থক কয়স্থ হাযগন্থ। হৌজিক খুত্ত শেল লৈত্তে হায়ব নত্তস্থ খঙলিবনি লুপা চাহুম শুৎ লৈরমগদ্র মত্থন লোইরে, নোংয়াইগী চাম অম-স্থত্তোল্লি, ঐজ্ঞা অঙোগী য়াথ্নে অম-স্থনি।

চাইগোই: তা-নোংয়াইগীদি শিঙউখিন্থ, ঐ ত্তোনজগে, শক কয়া মুঙশিদে নবচন্দ্রগী মীচঙ চঙই ফুনিঙই। ঐজ্ঞাগীদি শিঙদব য়াদে, অত্থ'কয়মত্তোশি হায়ব? ঐস্থ বেড কোয় অমগী লুপা লিশিং কুন্থ। অমস্থ কম্পানিদ থিজিনগদৌরি-বনি অত্থননি।

অমুবৈম: (নোকশিন্নত্থন) ইমাই' বুঙো মুৎশিব নঙপৈশাসি লৈথ্‌বোইদকো।

চাইগোই: হৱাগাড়ী অসি লুপা লিশিং য়াথ্নে মঙা (৫৫) দ লোহোৎনি। মশিস্থ মারবারী অমগ তিন্নরুবদগী ওমলি-বনি। গাড়ীত্থন চলাইবদগী কঙলবপনে হান্নগী মকো-চীংদগী ফংলকপ শেলনে পুন্নমকসিন পুনসিন্দুন থিথি-গদৌরিবনি, হৌজিকুদি লুপা লিশিং ৭৫/৮০ ক পীনথ্‌বনি। মতম হেনখিবদ ঐগী শেল মাঙবগী কিভ্রদ লৈরিবনি।

অমুবৈম : গতি লৈত্রবনিন ইশ্খোল য়োনত্র, বক্সোব থমত্র কনিনো তৌদব য়াত্রদো ইচাগীবু। লুপা মাঙলোয় মুংশা থিরম্মুদ। ইজৎ মাঙব য়াবস্ত্র নত্তন ঐখোয়স্তু।

চাইগোই : ইমাশি থর শাওবিবোই, নচা য়ুম পাঙ্গত্রিব অ াং অমনি, ইমাগুম্বগ থৎনব পামজদে। শেল অচুত......।

অমুবৈম : ঐগী থম্বালম্নাসি ময়ুম পালহল্লম্নবদি অস্তুক য়াম্নস্তু বা-রমলোইদবনিদো, হা: কৃষ্ণ রাখ্রেদ......

চাইগোই : করম্ন রারোইদৌরিব ইমাশি ?

অমুবৈম : মনিঙ লৈকাইগী লৌ-য়াম চাব, হোঙগৎলক্লিব তোয়াই ইনাক থুনবগী মচানিপা থোকচাও হায়ব অসিগী পীম্ন, কাগোক লুপা লিশিং মঙা (৫) হা-গে হায়রিবা মতুদ পামজদে, ইচু, থঙদে, ককই কোক্লি, হায়তুন সনখ্যাস্তু য়াত্রিবদি। ডাই শেনবু ওইনরবদি লুপা লিশিং ৫/৬ লৌথোক-লৌশিন তৌনবদ চহি অম'নিদি রা ঙাউনরন......। অত্তুদ কদায়নো হায়তুন তোক্লরবনি।

চাইগোই : ইচন্দি অসিগুম্ব ইমুঙদ লৈহল্লিংদে। রা তুমদি থম্বাই থর শোকই। মথোয়তুদ খাজগদবগী শরুক ময়ুম পাল-হন্দবন কৈ, থম্বালনস্তু য়ারোই। ঐখোয়স্তু জুৎ চাদবী মুপী লৌপদবগী শরুক য়ুম পাঙত্রিবসিনি। ডাওদি ঙাওই হায়ববু মাইকৈ শোমদদি জ্ঞান তাজে। অহ্ করম তৌশি হাম্নব ?

অমুবৈম : গতি লৈত্রবনিন লৌয়াম চাবদগী পুরুবদ তারেনন,

হায়রুবদগ্নু শোয়দন পীরক্নি । হোৱদ খম্বালম্নাসি মখোয়দ পীগুম পীথোকখ্রপ লোইরেদ, সনখ্যাদবু অমুক্তবু তায়রগেনে [ চঙগে তোই-চাইগোইন থারই )

চাইগোই : ইমাইবেম্ম অমুক্ত ভাইবীখো, নচাগী খৱাই অসি পুব য়াক্লে । লুপা খরগীদমক্ত ইচসবু পীথোকপ ! ঐগীসি হায় অমুক্ত খয়বীয়ু ইমাইবেম্ম ।

অমুরৈম : করিনো নঙন পাম্লিববো ?

চাইগোথ : নচাবু নচা ওইন নিঙবিরম্রোইদ্র ?

অমুরৈম : নিঙই, কনদোসিগে হায়বগে, ভাইখো নঙবু ঐগী খম্বালম্নাবু অশা তৌত্র……… ?

চাইগোই : হনুমানদোন খবাক শেপাইত্নন রাম সীতাগী মুর্ত্তি উৎপদোন উৎচখো হায়বীরিত্র ?

অমুরৈম : ( নাকমি নোকমি তৌন ) হোরেন ভগোয় ভম্ব কুম-লকপদ পুজখ্রো, হুমিৎ মঙানি তয়ানিদি নিদি খিবদ কংহনগম্ন কম-দৌই ?

চাইগোই : অতুদি থানাদদি তাকপীগনুনে । কালিম'ই' চা-শিনি, লুপাক লৌজররোই ভয় থুকমজরি । ( দণ্ডবোৎ শাংন তৌই, হৌগত্নন চেনখি । )

অমুরৈম : খিদ, অঙাওবসিদি, মখোঙ করাদ হক্তিরবনো-শে । থোক্ল থোক্লব, য়ানত্রবম্নু চায়জরক্নিদ । ( চঙগে তৌই মথঙ মখঙ খোরকই । )

তোম্পোঃ ঐখোয়গী চংচরগে সনাইবেম্ম। ( চংখি )

সনখ্যা : অমুবৈম, চীংগেনম্মা ইক্রং মাঙংলদন !

অমুবৈম : করিগী মাঙজরুনি ! লুপা লোয়ন শিঙজ'ন, খেল পায়-নমবদুম লৈরে। ননাবন শিনবদ হনবীয়, চানিঙাই লৈতন জাং ফরুদুন কায়দে খেল পায়রগ লোয়রে, মীন ঙাঙনাং'মখে ঙাঙজসনু।

সনখ্যা যুগ অসিদি নঙগী বা অহু চাম গী মনুঙদ চাম চুম-লবনিদ।

বৈম : মসিবু সনাগী মথক্ত তম্ফা থিনব কৌই।

সনখ্যা : লায়রবগীদমক্ত য়েনবী লাইরেম্বীন "সনাগী য়েক্রম" কোকপীরমই হায়ব প্রমাণ অত্তুঙবনি। [ অনিমক নোকমিন্নৈ। )

মৈ মুৎপ

# মঙাশুব-উৎপ

ক্ষম মুমিদা'রাই পুং ৫-৩০— মফম লম্কাংগ তাহনব লম্বী চাইগোই মতোমত কমদুন লৈরনই। তোম্পোকমু তোমচাগ লম্বীদ লাকই।

তাম্পোক : সাহেব ঙাওইবকো ঙম্বোরুম্ন, মরুপ মপাঙ লৈহৌরি হায়ব কাউখোকপীবশিবু।

তোমচা : মাগী কানব অম শোয়দনা লৈরমলগনি, নত্রগ মাথা পুব ভমত্রহুন লমহাঙদ পোথাব ওইরিনি। হাঃ নহামচা ?

চাইগোই : মাথাদদি সনাই য়েরুম কোকলে। ভাই, তা তোমচাগ অরুব বা অম ঙসি থরমদব য়াদে।

তোম্পোক : করিনো হায়রকউনে। (মথোয় ও ইকোই কোইশিল্লি)

চাইগোই : ঙসি থম্বালস্না পুব তারি। হোরেল কলেজ কুমলক-পদ কাহুন পুব তারে। মমাগ বা লোইনরবনি, হোরেন হেক কাবগ উপ্রুল্লামদ পুব তাই।

তোমচা : বেরা অমুক তৌনরক্লরোইকো ?

চাইগোই : কালিমাই শাক্তি, শোয়ত্রবনি তা-মচা।

তোম্পোক : রাশি শ্রাইদ ভাঙনব কত্রে, ঐখোয়স্তু শেম-শারুরশি চৎলশি। (মখোই অহুম চৎখি।)

নোংয়াই : [লুমহুন তারুবগী মঙভদ খোরকই অঙৌস্থ য়াওই। ] ঐজ্ঞা নহাক ব্রাহ্মননি মীনম্বদি তৌবীগনু। হোঁজক চণ্ডাল মরাম ভাঙনবতু তাবীরেদন; থম্বালস্নাদ পাও অসি করম খঙহনব তৌশিগে ঐজ্ঞা ?

অঙৌ : ঐহাক মাগী মরুপ বীনোদিনিদ পাও পীরুরগে, অচিন্দি ···। [ চৎখি-নোংয়াইস্থ হনগৎ হন্দা চৎলিভৈদ নবচন্দ্র অমসুং রাধেশ্যাম খোরকই। ]

নবচন্দ্র : লমহাংসিদ ভা নোংয়াই কৈদোবীরমলিব ?

নোংয়াই : ইবুঙো অনিমক উরব য়াম করে। ওম্ফোকপ পাউ অ তারে ঙসিদি।

নবচন্দ্র : করি পাউনো তাদ ? ননাও অনিদ তাকপীয়ুব

নোংম্বাই : পাউ হায়ববু হৌজিক্ত মকম খাইন ভোমচা, তোম্পোক অমসুং চাইগোইন থম্বালম্মাবু কোলেজদগী হোরেল জগোই তম্ব হল্লকপদ ক্গনি হায়ন চৌকথন বাৰী শারম্মী, মতুগী তম্নারি ভৌব মখোয় চংখ্রে ।

নবচন্দ্র : শোয়দ্রেকো তাদ ! পাউশি হেক তাজবদ ঐ অঙকপ অম পোংচৈ । মখোয় মশেল য়ানতুম তৌরমম্ব হায়বদু হোরেল শোয়দনমক থঙগনি ।

রাধেশ্যাম : মাইদ্যার ! নুপীমচা অতুন খুদোং থিব কংখ্রব মতুঙদ অচুম অরান থিগংলব্গী কায়ব লৈরিত্র ? লৈখোকগী কেনখ্রব লৈরাংবু অমুক হন্ন মশাদ শাংহনব য়াখিগত্র মরুপ ।

নোংম্বাই : মরাল লৈজত্রবী লম্বীদ চংপী নুপীমচাশিংবু খুদোং-থিবদগী কনবাগে হায়ব রাখলবু লৈরবদি সত্য সত্যমঁ সাক্ষি ওইসনু ইয়াম্ব হায়ম মাঙ থাগে ।

নবচন্দ্র : তাদ ! থম্বালম্মা কৌবী নুপীমচা'সি মশাগী অঙকপ থোনা লৈবান্নি, হোরেল লোম্ন য়েংশি । করিগুম থাদৈশেঙন য়াদে হায়ব হেক থঙবদ খুদক্ত মাগীদমক্ত থম্নাই থাগে বিদ্যান সাক্ষি, ছাত্রন ছাত্রিবু মাঙহনব য়াওই, ঐ মতু পামজদে । অসিগুম্ব খুদোং থিব অসিংদগী কমদোন কনব ওমগদগে হায়ব রাখল অসিমখি মতম চুপ্পদ খন্দুন লৈজরিবনি ।

নোংয়াই : ইয়াম্বস্নু থরাই থাব য়াওগনি ইবুঙো।

নবচন্দ্র : তাদ ! সমাজগী ফনব রাখল তৌবীব ভাদগী মমলদি ঈশ্বরন পীবীসনু। ঐখোয়গী লৈবাক অসি মুপীগী মিংচৎ মাঙব ক্রাইমগী রাখোক্তন থল্লব লৈবাক্লি। অদুদি ঐখোয়স্ন চৎচরগে। ( চৎখি )।

নোংয়াই : চৎলো চৎলো। ( ঐজ্জা অঙৌ তহা তহা চেল্লকই। )

অঙৌ : হায়রম্লে, থম্বালস্নাম্নু বিনোদিনিখোয়দ লৈরম্মী। নোক্তুম নোক্লকই, ভাকপীরকপগীদমক্ত থাগৎচরিবু হায়রকই। মখোয়গীসি য়ানবগুম্ব অমত্তুম তৌ-মাল্লেদ ভাদ।

নোংয়াইঃ হায়রিব অতুন লোইরব্র' ?

অঙৌ : লোইজরে।

নোংয়াই : মরিন ফব মীগী রাঙাংনি মান হায়রক্লিবদু, ঐন খঙজব মরম লৈ।

অঙৌ : ঐদি কয়াম'ক্তি মথাজদেবো ভা—নোংয়াই।

নোংয়াই : হোরেল লোম্ন য়েংশি, মতা য়েংলগ থবক চথব হায়বদুনি। চৎলসি থেঙগ্রনি লাকও।

অঙৌ : চৎলশি ভা-নোংয়'ই। ( চৎখি। )'

( নাকল অমদগী মশম-মনা ইকা-ফান সনথ্যা লাকই নাকল অথদন কনসটেবল চঙলকই। )

কন্সটেবল : এঃ সনথ্যাবু কদো'মদ লেঙবিগদৌরিব ?

সনথ্যা : ইবুঙো ডাক্তর বীজয়গীদ অমুক্ত চৎকে।

কন্সটেবল : শঙ্গাইদবু অনা-অম্লেকক৷ য়াওব্রনে সনথ্যা ?

সনথ্যা : ঐহাক্কি নারিব, ঐগী হকচাং অসি গঙ্গা, কানি, হিদাক ময়াম্ন উংলে, মওং অম তৌবস্থ কুইরবনি। ডাক্তরগ তানদব য়াদব মতাঙ অম কয় ওইরে অঙুন অমুক্ত য়েঙহল্লুগে লাক্লিবনি।

কন্সটেবল : নৌরিবৈদে লাইয়েংবিহৌ সনথ্যা, সনথ্যাখোই শিবৌব য়াত্রি, মাইকৈ শোমগী নিংথৌনি।

সনথ্যা : খঙদ্রে ইবুঙো, নখোয় খ্বাই লৈরি হায়তুন ইয়াম্বন চাওথোকচরিবনি।

কন্সটেবল : ( দোল্লপ্ন ) শান্নবব্ লেপ্প্রব্র সনথ্যা ?

সনথ্যা : লেম লৈত্রি।

কন্সটেবল : মনিন মহা পংনাই নাইহনবীগনু অহুম তৌবিয়ু ঐস্থ মরক মরক্ত লাকচগে।

সনথ্যা : ইবুঙোখোয়গী কৃপানি। হৌজিক কদায়দ লেঙগে হায়ব ?

কন্সটেবল : ঐ থানাদ চৎচগে সনথ্যা।

সনথ্যা : লেঙউ লেঙউ ইয়াম্বস্থ চৎলগে।

কন্সটেবল : লেঙমিন্নথ্রশিনে। ( অনিমক মথঙ-মনাও চৎখি। ( চাইগোই, তোম্পোক য়ু হায়ক্কেৎ থকউবগী মওংদ পাওবায় হাইক্কেৎ ষন লাকই )।

চাইগোই : তোম্পোক। হৌজিক পূং ৩ই. তারক্লে। ঐখোয়গী হায়ববু তয়ারিদ লৈতব য়াদে, তঃ-তোমচা অঙুনু জীপ পূবীরকউ হায়থ্রবনি।

তোম্পোক : নুপী চেনগদবা নুমিত্র হিদাক তৌশিনবসিনু কম্লেদ।

চাইগোই : পাওয়ার য়াওদনা থবক তৌব য়াত্রনে ? ওসিদি ঐখোয় অহৌব অরোইবনি । শিত্র-চংত্র মফম থডত্রবনি । করিগুম্ব খুদোংথিগদবা লৈরদি হেক্ত চেনবীখো ।

তোম্পোক : মন্নুগুম্বরা অহ্নু তোম্পোক্ত হায়বীগমু মতুঙদা খঙবীরকনি ।

চাইগোই : ভাই ! হোরেল তৌগদবা হায়ববু কজন থেমত্নুন হায়রিশ । থম্বালস্না অফব নুপীনি, মহাক্ত জ্ঞান তারবদি মখোয়গীদ ফগদব ওাক্তনি । মহাক নুপীনি, শেল পায়ব নিপা অমগী নুপী ওইহৌবন কায়গনি হায়বসি মশামক্ত জ্ঞান তান হায়গদবনি ।

তোম্পোক : থম্বালস্নাবু উপায় অম তৌত্নুন য়াহনব ওয়বদি কৈ, নত্তত্নুন শেল পীত্নুন থেম্ববু ওইরে, মশাবু য়াহনববু ওইরে, অফব মওংদ য়াননব চলাইবন কৈ ।

চাইগোই : শেল হায়ববু লুপা লিশিং মঙা কোক্লগদৌরিবনি । অত্নুগীস্নু মথক্ত ঐ অসি মখোয়গী চায় থমজরব মীশক অমস্নু ওইব য়াইন । নুপী হায়বশিদি সনা, লুপা, ফিরোল অনানব থর লৈবীরগ হেক্ত পেঞবনিদ, লৈমিরখ্ুগ ইমুংদ মুংশিনবনিদ ।

তোম্পোক : সাহেবকী য়াবুদি লোইনমক চুম্ব, অহ্নুদ য়ারক্লোইদবগী য়া মঙাইরে ।

চাইগোই : [ শাওন ] ঐবু শাওহনগমু ভাই তোম্পোক ! নুমিৎ

চুপ্পগী "য়ারোই য়ারোই'। কনানবু মঙ্গল ওইবনি হায়'গে। য়াত্রবহ্ন ফাগনি, ফুগনি, খাং উংকনি, লুপা পীগনি, সনা পীগনি মুংশিবা হায়ন্থন থেমগনি। উপায়'সিদগী য়াগদব য়েংহুন চলাইগ'ন, সি নক্তন মুপী থেবদ করি অমুক শিংজিন্নরিবগেনে ?

তোম্পোক: অফববু ঈক: হায়দ্রবদি, ফত্তববু কৈ হায়রুগত্রদো।

চাইগোই: ঐখোয়ন নিঙশিব কৃষ্ণ অ'স মুপী ফাহুন য়ায় লৌই, মহুদগীস্থ হেনব ইস। রাধাগী ব্রাথোক্ত নোংম কাংদন রেডিওদ লাওথোক্লিবহু'দি, ইবুংঙা মাগী মতৌ তমজো হায়হুন, মহু ঐখোয়ন ভাব লৌব হৈতদন' ভৌরিনি।

তোম্পোক: ঐ অক্ষ-ফত্ত করিমত্ত খঙজদ্রে, ঐন লাকলিবশি ভাইগীদমক্রনিশে।

চাইগোই: ঙম্নবদি কৃষ্ণ তোয়ন শাগদবনি।

তোমচা: চাইগোই! গাড়ী অহু লাক্লনি, খর লাপ্প থাহুন থম্বীয় হায়রম্লো। মুপী চেনবদ হৈরব ড্রাইভরনি।

চাইগোই: নম্বর প্লেট'তু অম ওম্বোক্লবদি ফগনিদ। করে তা-মচা, থোরাং হায়ববু ম'চ অমদ থুপ্তুন লৈবীয় তোম্পোকস্থ নাকস অমদ কৈয়ু, ঐ ইতোমতমক মহাক উম্নগে, মানস্থ ইতোমতনিন চিংনরোই।

মাগী থম্মোইগী রা পুম্নমক ঐ লোইন খঙগে।

নোরোক্তানি থম্বালনদি ঐবু মমুং হুৎন খঙ্গিব ক্লাংনিদ।

তোম্পোক: খোংলগ থঙব হায়হুনিদন!

তোম্বচা : থেমদন থেন্নবদি মহৈ চানব থেম্মু ।

চাইগোই : হায়জবগী জাত্তি দণ্ড:বাৎ তৌহুন হায়জগনি। কৃষ্ণ ফাওব রাধাদ খুরুমই হায়বদাইনে, করিস্নু কায়দে।

তোম্পোক : খণ্ডদে খণ্ডদে, য়াননবদ হোংনৌ। অদুদি ঐথোয়স্ন থোকখ্রগে। ( চৎখি )

চাইগোই : ফরে, থোকখ্রো মতম চারে। হে ঈশ্বর ইবুঙো ননাইগী থবক অসি শোয়্নদব পীনবীয়ু, কৃষ্ণ ইবুঙো। লম লাইরেম্বী ইমা নচাপী মঙ্গল পীনবীয়। পুঙশিবু কয়া তাখ্রে ( ঘড়ি য়েংই ) পুঙ ৪½। মুমিং কৌব লাই ইবুঙো নঙস্ন ঙসিদি নযুমদ থর ঙম্নস্ন মচংবীয়ুব? ছুম গাড়ী অদুবু লাক্লব্র নত্রগ মথোয় অদুবু চৎখ্রব্র অমুক্ত য়েংহৌদব য়াত্রি। [ঙাঙন ঙাঙন তোম্পোকন চৎখিবহুদ চৎখি। নোংয়াই অঙৌ কুইরুপ কুইরুপ য়েংহুন থোরকই। )

নোংয়াই : আদগীসি চণ্ডালশিং অদু নত্তব্র ঐজ্ঞা?

অঙৌ : মানি তাদ ...।

নোংয়াই : ফরে অদুদি, ঐথোয়' খনব পুম্নমকস্ন চুম্নরক্লে মথোয়্নন হৌজিক তৌগদৌরিব পুম্নমক অসি মরুম অমদ লৈশিন্দুন য়েংব তাই, ফত্তব মীবু লাকশিনবদ মায় লৈহুন চেনবীব য়াদেকো ঐজ্ঞা।

অঙৌ: করি বানোনে, ঐন হেন্না অসিগুম্বসি পামজরিবনিনে। করে ঐখোয় খোকখ্‌শি।

নোংয়াই মদোমদ চৎলমু, আদ লাক্লিবসি থম্বালম্না খোয়নি, শোমদ লৈরশি। [ থুনমক খোকখি ] অম্বুগনে বিনোদিনিস্মু য়াওরকলি ঐজ্ঞাস্মু ভয়ারীদ লৈবীয়ুকো। [ থম্বালম্না অমস্মুং বিনোদিনি অদু অতৌন পাও পীবদগী ভয়ারীদ লাকই। শেৎলিব কনেকৌ মস্মুংদ খোঙ্‌গাও হকচাং নপ্পী খাংদ পেটি, থাং শোড়ৌ মচা অমস্মুং টাইট ব্রেশ ফজন লাকই লোইনন মথক্ত ইচম চম্না কি ইল্লি।]

থম্বাল: আদগীসি চণ্ডালশিং অদু নত্রা ?

বিনো: [ উরক্লতুন ] মনি! কমদোনি ?

থম্বাল: চাইগোইদনি! মা-য়ু কম্না ভাওরমাল্লে, শোমদ লাক্লে নহাই!

বিনো: চেল্লসি হায়ব্রা থম্বালম্না ? ঐ কিজ্জে।

থম্বাল: ঐ চেল্লরোই, মহাক্ক করি তৌব ভমগনি, শ্লেংশি সুপীগী খোনা ? ভাকশি সুপীগী ইজং। কাওরব্রা নহালগী ঈছেংদা ?

বিনো: [ ইকাইখাংদগী পাঙ্গল লাকই ] কৈ, শ্লেংশি।

চাইগোই: থম্বালম্না, ইবেম্মা স্কুলদগী লাক্লব্রা ?

থম্বাল: অহোয় তাদ লাক্লে, করি তাকপীগদব ?

চাইগোই: শাওগনু ইবেম্মা, নহাক ঐখোয়দ চৎলশি।

থম্বাল : তাদ মচু হায়রীগনু, বিনো চৎলশি । [ চৎকে তৌই ]

চাইগোই : নত্তে ইবেম্ম, ঐ ইবেম্মখোয়দ লৈশি হায়রবসু য়াংদ্রে, ঐগী লৈজব লন-থুমগী মবেম্ম ওইবীয়. ঐ নোঙজুন হায়জরি ।

থম্বাল : তাদগীশি ফাগীর নত্রগ চন্নন হারবীরিত্র ?

চাইগোই : চান্নন হায়জরিবনি

থম্বাল : ফাগী তৌগনু চৎকে সে; ।

চাইগোই : চৎপ য়ারোই থম্বাল, নিঙথিন হায়রিঙৈসিদ য়াত্রবদি মখোঙ কম্মা চারোই । [ চঙশিল্লকই ]

থম্বাল : চঙশিল্লকু ভাদ ।

চাইগোই : [ মখুৎ তাপ কাই । থম্বালম্না মখুৎ কম্বোকই ]

বিনো : [ পাথৎন ] হো । কনা কনা লৈবগে অমুক্ত কনবীমো কমদৌনি স্নাইবেম্মা ?

থম্বাল : বিনো ! করিগী নথোনা বাৎলি, লাও ফুনশি । [ থম্বালগ বিনোগন চাইগোবু ইন্থু ই-তুই ]

চাইগোই : শ্যামাগী মুপী [ শাওদুন হৌগৎলকই ] হো ! তোম্পোক [থম্বালস্নান খৈদুন চৎকে তৌবদ চাইগোইন কাই তোমপোকমু মাইকৈ অমগী হায়দুন চেল্লকই মুপী অনিগ ভাইহাক লাকৈ । মমৈথঙদ মুপী অনিগী মকি লোইন তাথি, মনুঙগী ফিজোল চপ চান য়াওরমই । মঠু উঁধদ অঙকপ ফিভমগ মাইমৈ । য়ুন মপাঙল ময়েং উঁতবী অনি ইথুদুন থাঙ শৎলগ থম্বালন মপামৌম অথমুং

মফৈগন্দ থিল্লি ]।

থম্বাল : [ মথৱাই শোক ] খঙত্র ! য়ু ভাওব চণ্ডাল, নথৱাই অহু লো হায়ত্র ?

বিমো : খঙলত্র মুপীগী থৌনা ?

[অস্থম্ন ভোম্পোক অমুক হৌগৎলক্নুন মুপী অনিমক লাক্লব হৌরক্লে। মুপীশিংনে মথুৎ পাইশিনখিবক্কদ 'থুৎ থাদোকউ' হায়ন হায়কই, লোইনন মুপী অনিমক পেল্ল ফুই ] তাপ্ত থসিমক্তদ মতেং পাংননব তোমচা। চেন-শিল্লকই, অছুব নোংঝাইন চোম্বোরক্নুন মুঙন তোমচাগী মকোক শুই, ঐক্তা অঙৌম্ব চেল্লিল্লক্নুন "নখোয়দ শিরো" হায়ব অশোকপ অছুম্বক মথুৎ পেল্ল ফুই। পুলিস অনিগ এস,আই মভাঙ চান পাউ কংলছন চঙলকই]।

এস,আই ভাইখো নখোয় অমত্ত চেনব ঝারোই।

(Revolver উৎলি) করি তৌরে মুশী মচা ?

থম্বাল : চণ্ডালশিং অসিন মুশীগী ইজৎ মাঙহনগদবগী হোৎনব-দগী ফুনয়রলিবনি।

এস,আই হৌজিক লোইনমম থানাদ চৎপ তারে।

থম্বাল : য়ুমদ অমুক পুবিখো Sir, ঐন নিঙজব অমথক লৈরি, মশিমত্তদি কৃপা তৌবিয়ু।

কন্সটেবল (রাইফল উত্তুন)' সি উরত্র ? চৎলু কদাইদ ভাওশিন্নরি নোনে চৎলু। (ইন্দুন লোয়ন পুথি] [নবচন্দ্র, রাধেশ্যাম য়ায় শাওন থোরকই]।

নবচন্দ্র : মাইদ্যার, ঐখোয় অনিন লুমহন লৈরিবসি মখোয় খঙ্‌দ্রনে। খম্বালস্না মীন লাকচব য়াব মুপী নত্তে ঐ মাগীদমক্ত থবাই থাগে লেপথ বনি, খওউ মপা চণ্ডাল, মমা চণ্ডালীনি অদুন করি অমুক তৌরকপগে য়েংশি মতিক চাব খম্বালগী লমন খুমগে।

রাধেশ্যামঃ দ্যার খল্লু মখোয়গী মাপান চাইশাইগী লুপা শিশিং মণ্ডা পূরি মহু শিংব ঙমত্রগন মচা মুপী পীনি হায় মহুগীনি।

নবচন্দ্র : পৈশাসু ঐহাক্ত শিংশনি অহুবু শেলগী লম্বীন থমবাল স্নাবু ঐহাক্ত পামবদি তাগনি। খওউ, নবচন্দ্রগী থবায় খম্বালস্নাগীনি, খম্বালগী দমক্ত ঙসি কাওব নবচন্দ্র হিংহুন লৈরি। ফিংব য়াব নত্তে হায়হুন থাঙলকপনি। dear খঙবীয়ু ছোরেন ঐন করি তৌবগে হায়বহু (চেনশিনখি)

রাধেশ্যাম কৈ, ঐসু মরূপকীদমক্ত থবাই অসি লাম্থোক্লি। সত্য সত্যন শক্তি ওইপ্রসনু। (চেনশিনখি।)

মৈ মুৎপ

# তরুকশূব মতাং

## অরোয়বা উৎপ

মতম মুমিদাংপুং ৮-৩০ (মফম সনথ্যাগী সঙ্গাই)

সনথ্যা চৌংলেনসনা মাঙ্গোলদ ফম থাই হকচাং পোথাহনব ওইন লৈরি, নাহেবদি লেম্ম লৈতে; মায় থয়াই বান অমুরৈমন সেবা তৌরি।

সনথ্যা : অয়োঃ ইমাইবেম্ম! থবাক অসি নাবন খাঙবদ য়ারে ঐহাক, অমুরৈম! ঐহাক শোয়দন শিরগনি।

অমুরৈম : হায়রৈহেদে সনথ্যা ?

সনথ্যা : চিঙ্গ্রাক ফত্তব চাব, লমচৎ ফত্তব চৎপ, গঙ্গা, কানী, থুং জ্বার !! মশিমক্ত ঐবু পুন্সি মপুং ফাহন্দব ঙারে। অয়ো! ওক; ওক:। [ তিম্মোং থয় ওথোয়কই। অমুরৈমন মথবাক পাই ]

অমুরৈম : হা কৃষ্ণ ইবুঙো! ওস্থোক্ল থিন তমথ্রবোইদকো ননাইগী লাইবক অসে!

সনথ্যা : মুপী মচা অতম্ম হৌজিক ফাওব হল্লকত্রি, ইচা অহু চাকম্ম চাথিত্রি। অমুরৈম নঙগ ইচাগম্ম থৎনখ্রে হায়বদাই। করিনো ঐন তৌগদবসে অমুরৈম ? ঐ মফম থঙখ্রে ইপাই হৈবেম্ম থবাল। [ মপুক্লিং মুংশিন কপলকই ]

অমুরৈম : সনখ্যা ইচাবু মুংশিদব নত্তেনে । ইচাবু শিঙস,মু হৈ-
সমু, ফজসমু শেমগে খনবনি, ঈশ্বরন করি তম্লিগব ।

সনখ্যা : নহাক্ত তম্ব ঈশ্বরন য়ানিংলরোই, ঐ মুম্ন খঙলে অমুরৈম !
[ মতম অসিমক্তদ এস,আই অমস্তুং কন্সটেবলন মরাম
পুম্নমকপু হোয়তুন পুশিল্লকই । ]

অমুরৈম : সিফাই-ও ! করিও মী য়াম্ন লাক্লে সনখ্যা ।

সনখ্যা : ইবুঙোশিং চঙবিয়কউ' অমু ফম্নব ফিদা··· [ অমুরৈমন
ফিদা থুনমক থাই । থম্বালম্না অমস্তুং বিনোদিনি মপী
তৈথোক্তুনা লেপলি ।

এস,আই : ভাইথো থম্বালম্না, বিনো কপথিগনু । সনখ্যা । খবক
অসিগী মায়দ কায়মত্ত খঙবীদবরা শেংন অমুক্ত থুখায়ু ?

সনখ্যা : নতৈমশিজ অমুরৈমদ অমুক্ত হংবীয়ু এস,আই বাবু ।
( মক্ল লুকখথি ) ইয়াম্ব হকচাং য়াম্ন ঙমজ্রে, অস্তুমক
পোথাগেকো ।

এস,আই : পোখাবীয়ু-পোথাবীয়ু ইতৈমশিজ মতম মাংহনবীগম্ন
হায়বীরো ?

অমুরৈম : বাবু করি অমুক হায়গনি, জ্বারন মুংলক্লব ইমুঙনি,
অতুগীম্ন মথক্ত সনখ্যাম্ন অনাব অচৌব হায়বতুমম্ন ঙইরে,
লোক থুবদ ঈ য়াঙরে, করম তৌনি । মীগী শেল লুপা
মিশিং [৫] মঙা হেম্ন তোম্লি, উপাই লৈজ্রে অসিনি ।

এস,আই : মতুন লোইবীরব্র, কনাগী শেলনো তোম্লিবদি ?

চাইগোই : ননাই ঐগীনি সাহেব ।

এস,আই : লুপা কয়া ?

চাইগোই : লিশিং মগু ।

এস,আই করম কাম্দ শিংগনি হায় ?

চাইগোই : মতম থানদে ।

কন্সটেবল : শেংন থুমট্ট ( শেং লাউন থাই )

এস,আই ঃ ঙাইখো তোয়াই !

চাগোই : ইতৈমশিজন শিংব ঙমলরোই হায়বীরে................ ।

এস,আই: অদুদগী মখা করি...হা ।

চাইগোই : মচাইবেম্ম থম্বালম্নশি লুপা লিশিং মগুদুগী মহুত্ত জগোই তম্বদগী হল্লকপদ কাখ্রো হায়বীরকই, অদুগী ঙসি ...... ।

এস,আই খঙলে তোকলো হায়রিবসি চুমলব্র ইতৈমশিজ ?

অমুবৈ : মচিন খিরিবনি ইবুঙো বাবু ।

চাগোই : ঐগী লুপা লিশিং মগা পীরে হায়বদ থম্বাল লৌজরো হায়বদুদি ।

নোংমাইঃ ঐ তাজহৌই বাবু। চাংগোইন মরৈ কয় য়েৎশিল্লকপ-দুদ খাঙব ঙমদদুন থম্বালম্ন পীগে হায়বসি মকম লিমজ্জ-দনি, ঐ লোম তাহৌই !

এস,আইঃ কদাইদ লৈদুন ?

নোংমাইঃ ঐখোয় সনখ্যাগীদ জ্বার য়েংজব লাকপদ মাজোলশিমজদ ঙাঙনব, ঐখোয়ন লৈজব মতমদ··· !

এস,আইঃ চাগোই নহাক শেলগী মহুত্ত লুপী ওইব পীনম মরৈ য়েৎপর ?

চাইগোইঃ অহোম্ব......।

এস,আইঃ [তোম্পোক, তোমচা, ঐজ্ঞা অভো, নোংয়ার চাইগোই নচিংবদ লোইন য়েংলগ] নখোয় পুম্নমক হৌজিক থানাদ চৎপ তারে।

চাইগোইঃ চৎপ তারবদি ইমাশিন্থ লৈশাবীশিংস্থ লোয়নন পুবীম্ব।

এস,আইঃ হায়! নহাক্ক শিনব য়াত্র ভুমিম্ন লৈয়্য।

থম্বাল ঃ sir, মী পুম্নমক লোম্বন থাদোকপীয়্য ঐ ইমামক ময়ামগী মহুত্ত জেল চঙজগে। ঐবু কম্নব হোৎনবদ তাদ নোংমাই ঐজ্ঞা অঙো য়াওথিবনি মখোয়গী মরাল লৈতে। তা- তোমচা, তোম্পোককীস্থ মরাল লৈতে, লোম্বন থাদোক- পীয়্য। ময়ামগী মহুৎশিন্দুন ঐহাক্ক জেলদ লৈজগে। ঐহাক্ক নিপা ওইরম্নবদি লংকৈদ চেনথিবস্থ য়াই, মরূপ অমগী য়ুনদ লৈবস্থ য়াগদবনি। মহু পুম্নমকস্থ থোক্কবনিন জেলদ লৈবন ঐগীস্থ শক্তি ফংলগনী মশি থোক্কবত্ত শিনবীয়্য (থূক্কমই- কপই)

চাইগোইঃ ঐহাকৗ নুপা লিশিং মতাদি মাতব তারেদো অহুদি ইমাশি করম্ন তৌন ঐগী শেল অত্থ ......।

থম্বাল ঃ [কপই] ইমা নচাগী থম্মোই অসি কান্নরে ঐহাক 'ছ চাহুন শিজগ্রগে! গুক্বান লৈগদবগী শক্ক শিথিবন হেম্ন কৈ, ঐ চৎলগে।

বিনো ঃ (কপ্তুন কাই) তাইখো থম্বাল তাইখো।

থম্বাল ঃ ঐগী থবাই অসি পুব উমত্রে হিংতুন লৈজনিংত্রে, ঐ শিজ

খু্গে। হে সত্য! সত্যন শাক্তি ওইরসন্থ ঐ পোইদন শিংর-গ-দ-বুনি।

[মত্তাংশিমক্তদ নবচন্দ্রন লাউরন্থন থামলকই রাধেশ্য তাররকই। খম্বালগী মনাক্তা চওশিল্লক্তুন মথুংপাইদ্রন খম্মোই শোক্র।]

নবচন্দ্র: খম্বাল খম্বালস্না ওাইখো রাশকখিগন্থ। লুপা ঐন শিংগনি নচগীদমক লুপা লিশিং মওাদ নত্তে, লাক্ষ তোল্লবস্থ নবচন্দ্রন শিংগনি। (ময়ামইওক ওকন লৈনৈ) পাবুং করিগী খম্মোই অত্তুক পীকথবীরি খম্মোই চাউথংপীয়ু নক্তাগী থরাইন মমল ওইত্রন শিংজগে।

রাধেশ্যাম: sir হৌজিক করি চথবীখিগনি?

এস,আই, ঐন তৌব ওম বিচারগী রাংমদ নওগী মরূপ নবচন্দ্রন তৌব্রে......।

খম্বাল: ঐ য়ুম মসিদ লৈজররোই ওসিদগী হৌন য়ুম থাদোক্লগনি।

এস, আই: (তোস্পোক, চাগোই, তোমচা) নখোয় থানাদ পুগে হায়ববু মূপী মচাসিন থাদোকপীরে, চাইগোইগী শেলম্থ নবচন্দ্রন শিংগে হায়রে। ঐগী ইথো করিম্থ লৈব্রেং মুপীমচাসিন য়ুমসিদ লৈররোই হায়বসিমদি করি উপাই তৌগনি।

বিনো: ঐখোয়দ পুন্সি চুম্ন লৈমিন্নরগনি।

এস,আই: নিংতোলন পুন্সি চুম্ন য়ুমদ লৈগনি হায়বসিমদি ঐম্থ হায়ব ওব্রোই। সনথ্যা নচা ননাই ময়াম অসি সনথ্যাব

রায়েনবী:হৌরো, ঐ চৎচরগে। হায় লৎহেনব শা।
চৎলো নখোয শিদ অমত্ত লৈরগন্নু।

**কলচৈবল:** চৎনু চণ্ডাল য়ুথকপ ছরানব' (লোয়ন-তান্থিব)

**এস,আই :** সখাললম্না, বিনোদিনি নখোয় অনিগী থোনা ঐহাক হয় হয় থাগৎলি, পুকচেল শেংলব ছাত্রশা ন.থায়গী নিপা খোকপ থোনাবু ঐন থাগৎলি। নখোয়গুম ছাত্রছাত্রিশী শেংলব থম্মোই অসিদি সনাদগী হেয় মমল য়ামই। (এস, আই চৎখ্রে)

**রাধেশ্যাম :** ভাইহাক লৈবীরম্মু [থুনমক চৎখি]

**নবচন্দ্র :** কদাইদ:না ?

**রাধেশ্যাম :** [মগুঙদা] থুনমক লাকনি।

**নবচন্দ্র :** থবাগম্না নহাক নিঙথিন মুৎসিদ ংসমু। পাবুং ইমাগী সেবা তৌহন নুংঙাইহন্নব :হাৎ:নী, ইমা, ইপাবু য়াহন্‌বা কণ্ডে। নহাক নত্তন তাইবংপাল অসিদ কনা লৈরি মুয় থম্নু থবাল, নহাক মতিক চাবা পুপীনি। ঐন নঙোন্দ পাউতাক পীনিংঙাই করিস্নু লৈতে। নহাকী থোনা য়া-থলন ঐঙোন্দগী শরুক চাম্ম হেল্লি। ইকেম্ম বিনোদিনি থোনা কব নিপাদগী নঙগী থৌজাগন হেল্লি। ইচল অনিবু থাগত্তব ঙম্লোই। নখোইগুম্বী কম্না পোরুকসম্নু মণিপুরদ ! মতৌ-তমসম্নু মণিপুরদ ! মী মাঙব য়াথ কত্তব লমচৎ, নোন পুন্সি মাঙব য়ারব চিঙ্গাক চাব খিংব ভাতব থম্মোই মতম চুপ্পদ লৈবীয়ু।

বিনো : তামো, তামোগী পূকচেল অমদি থৌনাস্থ অতকপনি। ওসি ঐথোয়বু কনবীরকপ, তামোখোয়গী থৌজান্নি, পুন্সি চুপ্প লমন তোল্লবনি।

রাধেশ্যাম : [ তাঙাশিদ রাথে মথুক্ত লুপা জিশিং মহা পুন্নক্তুন নবদ পীব ] মরুপ ! লৌবীয়ু লুপা'সি।

নবচন্দ্র : [ লৌতুন ] কদাই; পাবুং লুপা অসি চিংনব লৈতন লৌবীয়ু, চাইগোইগী মসিন শিংবীখো, থম্বাল পাবুং অমদি ইমাগী থল্লু মতম মাঙহল্লগম্থ।

থম্বাল : শা-চাব, যু থকপ, গঞ্জা, কানী থকপ, জুার শান্নব কত্রব থবক কয়াসিদগী, কত্রব সজগী দে যতগী পাবুংগী হকচাং করি ওইরক্লে, কয়াকুইন মচাশীদমক্ত থন্দুন হিংখিগনি।

অমুবৈম : মুপী মচা তোক্লো পূন্নমক ওসিদ নৌহৌনন জ্ঞান তা-রক্লে, পূন্নমক ইমান লাক্লে।

থম্বাল : কত্রবী নহাক্ত ঐবু য়োম্থোকে হোনরম্ব, অহুক ভমথিন্নব থবক! অকব লমচৎকীদমক্ত ওইরমলবদি কে'ল্লব মী অমগী মনাক্ত পূন্সি লেনবক্ত নত্তব মকম কদায়দনো নচাবু য়োম্থোকপীরম্লবদি নচা করিস্থ চিংনরমলোই।

নবচন্দ্র : ওক্লে ওক্লে, থম্বাল তোক্লো! লৈহৌরো ঐম্থ চৎলগে। পাবুং-ইমাশি নচা চৎচরগে। [ রাধেদ ] মরুপ ........।

[ পম্বদন চৎখি ]

থম্বাল : [ নবচন্দ্রন চৎখিবদ ] তামো! [ মমা অমম্বুং মপাবুংদ ওনশিন্দুন ] ইমা নচাগী পূন্সি অসি উবীরেদন নোক-পীয়ু কম্নক পেম্ন, থওবীয়ু ওসিদপী হোন, নচান হিংজিব

পুন্সি অসিদি স্নমাজবু অচুব মাইরৈদ পুক্নে থন্সি সমাজন হন্থন থন্নব হুপ্রীগী ইরং । হুপীগী পুন্সি !! থও-বীয় ওসিদি ইমা অহুওন্নব সমাজন হন্থন থন্বীরবস্থ হুপী-জাশিং অহুপী মরক্ত থম্বালম্নাদি সমাজগী লুকমাইগী পোংকুম য়োনবী হুপী নত্তে, পাঙল শক্তি লৈত্রবস্থ ম্নাহ য়েক্লমনি হায়ব'সিম কাউবীপন্থ । [ নবয়োমদ ] ভামো মচাবু ওমথিরব নমকী কোমদ লংথোকপীরম্নপন্থ, ভাই-বীরমখো ভামো !! [ তায়খি ]

বিনো : ( শুক্ল ) থম্বাল ! থম্বালম্না !! ( তায়খি )

অমুরৈম : ইমাগী ইবেম্ম থম্বাল ! ( ভায়গে তোই ) হুপ্রী ওইরবস্থ থম্বালম্না অচম্ব হুপী নত্তে, মরল য়াওত্রব অহাম্ব য়েক্লম নত্তে, সনাগী য়েক্লমম্নি । সনাগী ……।

রাধেশ্যাম : [ ঙক্কবিনো চেনখিব উবদ ] বিনো ! বিনোদিনি !! [ তায়খি ]

সনখ্যা : [ ন্নিংঙমদব, হুংঙাহতবন ফুনগঙুন ] ইপাই ইবেম্ম ! থম্বালম্না ! থম্বা……।

মপুঙ কান মচাগী মীং হায়দোকপ্ন হুমদনু ঈ, হাথরকই, লোংন্ন হাইথখি । মহু উবদ অমুরৈমম্ন পাখৎন লেবা চঙখি ।

অমুরৈম : "সনখ্যা" !!

"পোথাবীরশি"



হৌখিব
ইং লোক্স ১৯৬৭
আগষ্ট-৭

লেমদোক লেমজিন ভোহুন
অোইশিন্নব
৩১/৮/১৯৬৯ ইং
নোংয়াই মস্কু পুং অম মিনিট
তরামঙা